# মণিপুরগী থৌনা ফবী নুপীশিং



শগোলসেম তরুনি দেবী

# মণিপুরগী
# থৌনা ফবী নুপীশিং




শগোলসেম তরুনি দেবী



# কথোকচবা

লাইওইখ্রবা ইবুংঙো
নচানা হুন্না-হুন্না কৌজরবসু
লাকপা লৈত্রবা ইপা-ইবুংঙো
হিংলিঙৈদা ফোংজবা ঙমহৌদ্রে
নচাগী মৈতৈ নুপীগী থৌনা
কৎচরি ইপা ইবুংঙো নুংশিবা
ইপাগী খুয়াদা নচানা
লৌবীয়ুকো পান্থৌ আপোকপা
নচাগী খুদোল লৎনদনা
পান্থৌগী লমন মরিক অমতংবু
শিংবা শকচাগে হে আপোকপা
পোকপগী মহৈ য়াম্ভাগে নচানা ।

নহাক্কী নচা
শগোলশেম তরুনী দেবী

# য়াওফম তাকপা


| | হিরম | | লমায় |
|---|---|---|---|
| ১। | মণিপুরগী মথৌনা লৈবী নুপীশিং | | ১ |
| ২। | ওঝা থোইবী | — | ৫ |
| ৩। | পি ঐচ পোদ | — | ৭ |
| ৪। | ওঝা সোরোজিনী | — | ৮ |
| ৫। | নুপীলান থৌনাফবীশিং | — | ৮ |
| ৬। | তাহেরী | — | ৮ |
| ৭। | মেমমুবী | — | ২৭ |
| ৮। | থাংজম সুবদনী | — | ২৮ |
| ৯। | ফাইরেম্বম মেমচা | — | ২৮ |
| ১০। | সাপম চনু নুংথিলচাইবী | — | ২৯ |
| ১১। | মহারানী কুমুদিনী | — | ৩০ |
| ১২। | শশিমুখি | — | ৩৩ |
| ১৩। | লাইপুবম বিনো | — | ৩৪ |
| ১৪। | লাইময়ুম সবদনী | — | ৩৫ |
| ১৫। | লাইময়ুম রাধিকা | — | ৩৫ |
| ১৬। | মংসাতাবম পিশকমচা | — | ৩৫ |
| ১৭। | মহারানী ধনমঞ্জুরি | — | ৩৬ |
| ১৮। | সৌগ্রাকপম মেমী | — | ৩৭ |
| ১৯। | কাংঙবম ইনাওবী পিশকমচা | — | ৩৭ |
| ২০। | মুথ্রাস্না | — | ৩৮ |
| ২১। | ওইনাম অপাবী | — | ৩৮ |
| ২২। | হামীলা সৈজা | — | ৩৮ |
| ২৩। | অয়ুং | — | ৩৮ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৪। | ডাক্তর বেদবতী | — | ৩৯ |
| ২৫। | ঙাঙোম মোতিমলা | — | ৩৯ |
| ২৬। | ঙাংবম নিংঙোল সুন্দবী | — | ৪১ |
| ২৭। | ক্ষেত্রিময়ুম রাসি | — | ৪১ |
| ২৮। | কোইজম পুইনবতি | — | ৪২ |
| ২৯। | ইরেংবম চনু প্রতিমা | — | ৪২ |
| ৩০। | নুংশিতোম্বী | — | ৪৩ |
| ৩১। | ময়াংলম্বী মণি দেবী | — | ৪৩ |
| ৩২। | মুতুম নিহোল মতৌলৈবী | — | ৪৩ |
| ৩৩। | বাজকুমারী ইবেমনুংশি | — | ৪৩ |
| ৩৪। | এস, সরোজু | — | ৪৪ |
| ৩৫। | থাওরোইজম ইন্দুবলা | — | ৪৫ |
| ৩৬। | রাই ব্রজেশ্বরী | — | ৪৫ |
| ৩৭। | এস. লিঙ্খোইঙম্বী | — | ৪৫ |
| ৩৮। | এল. চম্পা | — | ৪৫ |
| ৩৯। | টিএঁচ. বালা | — | ৪৫ |
| ৪০। | কেএঁচ. মেম্মা | — | ৪৬ |
| ৪১। | গ্যানেশ্বরী | — | ৪৬ |
| ৪২। | শাইখোম নন্দিনী | — | ৪৬ |
| ৪৩। | ডাঃ বীলাশিনী | — | ৪৭ |
| ৪৪। | নোংথোম্বম শ্যামা | — | ৪৮ |
| ৪৫। | ডাঃ জামিনী | — | ৪৮ |
| ৪৬। | লাইশ্রম সোরোজিনী | — | ৫১ |
| ৪৭। | অমোম নিংঙোল মেমা দেবী | — | ৫১ |
| ৪৮। | ঙাঙোম নিংঙোল মোমোন | — | ৫২ |
| ৪৯। | খাঙেম্বম সুমতি | — | ৫২ |
| ৫০। | লাংঙথেন থোইনু | — | ৫৩ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫১। | লাইময়ুম ধরনী | — | ৫৩ |
| ৫২। | লৈমপোকপম পীশক | — | ৫৪ |
| ৫৩। | মোইরাং লৈরক জয়মতি | — | ৫৪ |
| ৫৪। | অমীনা খান | — | ৫৫ |
| ৫৫। | লালজিম বেগম | — | ৫৫ |
| ৫৬। | অরিবম বিমোলা | — | ৫৬ |
| ৫৭। | খাইদেম নুংশিতোম্বী | — | ৫৬ |
| ৫৮। | খেত্রিময়ুম রঙ্কোনী | — | ৫৭ |
| ৫৯। | তোনতোন দেবী | — | ৫৭ |
| ৬০। | নিংতৌজম সুপ্রিয়া | — | ৫৮ |
| ৬১। | খেত্রিময়ুম সুবদনি | — | ৫৮ |
| ৬২। | খাইদেম নিংঙোল ইবেমপিশক | — | ৫৯ |
| ৬৩। | এলাংবম ইন্দু | — | ৬০ |
| ৬৪। | য়াইখোম সোবিতা | — | ৬০ |
| ৬৫। | বিলাসিনী লমলোং | — | ৬১ |
| ৬৬। | মেম্মা চিংঙামখা | — | ৬১ |
| ৬৭। | রাণী কৈশামপাৎ | — | ৬১ |
| ৬৮। | ৰাই শাখি হৈরাঙ্গোইথোং | — | ৬১ |
| ৬৯। | এন. ইন্দিরা | — | ৬১ |
| ৭০। | ফজতোন | — | ৬২ |
| ৭১। | এম, একাসিনী | — | ৬২ |
| ৭২। | ললিতাবী | — | ৬২ |
| ৭৩। | সৈত্যবতি | — | ৬২ |
| ৭৪। | মঙ্গোলঙানবী | — | ৬২ |
| ৭৫। | প্রমোদা | — | ৬৩ |
| ৭৬। | হরিমতি | — | ৬৩ |
| ৭৭। | টিঐচ. বিজয়ন্তি | — | ৬৩ |

৭৮। এ. মেমচা লিলোং — ৬৩
৭৯। ব্রাই. ভৈগবতি — ৬৪
৮০। য়াইখোম গয়া — ৬৫
৮১। হাওবম বিলাসিনি — ৬৫
৮২। গিতাবলি উরিপোক — ৬৬
৮৩। মোধুবলা — ৬৬
৮৪। লক্ষমি — ৬৭
৮৫। হঞ্জবম সুভ্রা — ৬৭
৮৬। কুঞ্জরানী — ৬৯
৮৭। এল. অনিতা — ৭০
৮৮। সুনিতা (Weight lifting) — ৭০
৮৯। একে. বিনোদিনী — ৭০
৯০। ওমিগা — ৭০
৯১। প্রেমীলা চনু — ৭১
৯২। চন্দ্রজিনী খাগেমপলি — ৭১
৯৩। নিংঙোম্বম চম্পা — ৭১
৯৪। হিজম নিরমালা — ৭২
৯৫। এস. সুনিতা, নোনী — ৭৩
৯৬। মারিয়া মাংতে — ৭৪
৯৭। রুপোবতি — ৭৭
৯৮। শিজগুরুময়ুম বামি — ৭৯
৯৯। তম্ফাস্না ঙম্মী খওঙকপী — ৮১
১০০। শর্ম্মিলা — ৮১

# য়াওফম তাকপা


| | হিরম | | লমায় |
|---|---|---|---|
| ১। | মণিপুরগী মথৌনা লৈবী নুপীশিং | | ১ |
| ২। | ওঝা থোইবী | — | ৫ |
| ৩। | পি ঐচ পোদ | — | ৭ |
| ৪। | ওঝা সোরোজিনী | — | ৮ |
| ৫। | নুপীলান থৌনাফবীশিং | — | ৮ |
| ৬। | তাহেৰী | — | ৮ |
| ৭। | মেমমুবী | — | ২৭ |
| ৮। | থাংজম সুবদনী | — | ২৮ |
| ৯। | ফাইরেম্বম মেমচা | — | ২৮ |
| ১০। | সাপম চনু নুংথিলচাইবী | — | ২৯ |
| ১১। | মহারানী কুমুদিনী | — | ৩০ |
| ১২। | শশিমুখি | — | ৩৩ |
| ১৩। | লাইপুবম বিনো | — | ৩৪ |
| ১৪। | লাইময়ুম সবদনী | — | ৩৫ |
| ১৫। | লাইময়ুম রাধিকা | — | ৩৫ |
| ১৬। | মংসাতাবম পিশকমচা | — | ৩৫ |
| ১৭। | মহারানী ধনমঞ্জুরি | — | ৩৬ |
| ১৮। | সৌগ্রাকপম মেমী | — | ৩৭ |
| ১৯। | কাংঙবম ইনাওবী পিশকমচা | — | ৩৭ |
| ২০। | মুখ্রাম্না | — | ৩৮ |
| ২১। | ওইনাম অপাবী | — | ৩৮ |
| ২২। | হামীলা সৈজা | — | ৩৮ |
| ২৩। | অয়ুং | — | ৩৮ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৪। | ডাক্তর বেদবতী | — | ৩৯ |
| ২৫। | ঙাঙোম মোতিমলা | — | ৩৯ |
| ২৬। | ঙাংবম নিংঙোল সুন্দরী | — | ৪১ |
| ২৭। | ক্ষেত্রিময়ুম রাসি | — | ৪১ |
| ২৮। | কোইজম পুইনবতি | — | ৪২ |
| ২৯। | ইরেংবম চনু প্রতিমা | — | ৪২ |
| ৩০। | নুংশিতোম্বী | — | ৪৩ |
| ৩১। | ময়াংলম্বী মণি দেবী | — | ৪৩ |
| ৩২। | মুতুম নিহোল মতৌলৈবী | — | ৪৩ |
| ৩৩। | বাজকুমারী ইবেমনুংশি | — | ৪৩ |
| ৩৪। | এস, সরোজু | — | ৪৪ |
| ৩৫। | থাওরোইজম ইন্দুবলা | — | ৪৫ |
| ৩৬। | ৰাই ব্রজেশ্বরী | — | ৪৫ |
| ৩৭। | এস. লিম্ছোইঙম্বী | — | ৪৫ |
| ৩৮। | এল. চম্পা | — | ৪৫ |
| ৩৯। | টিঐচ. বালা | — | ৪৫ |
| ৪০। | কেঐচ. মেম্মা | — | ৪৬ |
| ৪১। | গ্যানেশ্বরী | — | ৪৬ |
| ৪২। | শাইখোম নন্দিনী | — | ৪৬ |
| ৪৩। | ডাঃ বীলাশিনী | — | ৪৭ |
| ৪৪। | নোংথোম্বম শ্যামা | — | ৪৮ |
| ৪৫। | ডাঃ জামিনী | — | ৪৮ |
| ৪৬। | লাইশ্রম সোরোজিনী | — | ৫১ |
| ৪৭। | অমোম নিংঙোল মেমা দেবী | — | ৫১ |
| ৪৮। | ঙাঙোম নিংঙোল মোমোন | — | ৫২ |
| ৪৯। | খাঙেম্বম সুমতি | — | ৫২ |
| ৫০। | লাংঙথেন থোইনু | — | ৫৩ |

৫১। লাইমযুম ধরনী — ৫৩
৫২। লৈমপোকপম পীশক — ৫৪
৫৩। মোইরাং লৈরক জয়মতি — ৫৪
৫৪। অমীনা খান — ৫৫
৫৫। লালজিম বেগম — ৫৫
৫৬। অরিবম বিমোলা — ৫৬
৫৭। খাইদেম নুংশিতোম্বী — ৫৬
৫৮। খেত্রিমযুম রঙ্কোনী — ৫৭
৫৯। তোনতোন দেবী — ৫৭
৬০। নিংতৌজম সুপ্রিয়া — ৫৮
৬১। খেত্রিমযুম সুবর্দনি — ৫৮
৬২। খাইদেম নিংঙোল ইবেমপিশক — ৫৯
৬৩। এলাংবম ইন্দু — ৬০
৬৪। যাইখোম সোবিতা — ৬০
৬৫। বিলাসিনী লমলোং — ৬১
৬৬। মেম্মা চিংঙামখা — ৬১
৬৭। বাণী কৈশামপাৎ — ৬১
৬৮। ব্রাই শাখি হৈরাঙ্গোইথোং — ৬১
৬৯। এন. ইন্দিরা — ৬১
৭০। ফজতোন — ৬২
৭১। এম, একাসিনী — ৬২
৭২। ললিতাবী — ৬২
৭৩। সৈত্যবতি — ৬২
৭৪। মঙ্গোলঙানবী — ৬২
৭৫। প্রমোদা — ৬৩
৭৬। হরিমতি — ৬৩
৭৭। টিএ্রচ. বিজয়ন্তি — ৬৩

৭৮। এ. মেমচা লিলোং — ৬৩
৭৯। ব্রাই. ভৈগবতি — ৬৪
৮০। য়াইখোম গয়া — ৬৫
৮১। হাওবম বিলাসিনি — ৬৫
৮২। গিতাবলি উরিপোক — ৬৬
৮৩। মোধুবলা — ৬৬
৮৪। লক্ষমি — ৬৭
৮৫। হঞ্জবম সুভ্রা — ৬৭
৮৬। কুঞ্জরানী — ৬৯
৮৭। এল. অনিতা — ৭০
৮৮। সুনিতা (Weight lifting) — ৭০
৮৯। একে. বিনোদিনী — ৭০
৯০। ওমিগা — ৭০
৯১। প্রেমীলা চনু — ৭১
৯২। চন্দ্রজিনী খাগেমপলি — ৭১
৯৩। নিংথৌম্বম চম্পা — ৭১
৯৪। হিজম নিরমালা — ৭২
৯৫। এস. সুনিতা, নোনী — ৭৩
৯৬। মারিয়া মাংতে — ৭৪
৯৭। রুপোবতি — ৭৭
৯৮। শিজগুরুময়ুম বামি — ৭৯
৯৯। তম্ফাস্না ঙম্মী খঙঙকপী — ৮১
১০০। শর্ম্মিলা — ৮১

# ৱাহৈ খরদং

ইমা শ্রীমতি শগোলশেম তরুনি দেবীনা ইবা 'মণিপুরগী থৌনা ফবী নুপীশিং' হায়বা লাইরক অসি পাজরে। হায়রিবা লাইরিক অসিদা ইমা তরুনিনা মপালগী লৈবাকশিং হায়বদি — হোলেন্দ, শিঙ্গাপুর, থাইলেন, সুইডেন, ফিনলেন্দ, মালায়াশিয়া অমদি ইউরোপকী লৈবাকশিংগী থৌনাগা মণিপুরগী নুপীশিংগা চাংদম্নবা কয়াদা মণিপুরগী নুপশিংগী থৌনাদা হন্থবা অমদি শোথবা থেংনদে। মণিপুরগী নুপীশিং মৈহৌরোলদগী লিংজেল অমদি মথৌনা লৈনা থবক কয়া নুপাগুম্না পাংথোরকপী অইবীনি মরিক চুম্না ইনবা থেংনৈ। অপাবশিংনা মণিপুর নুপীগী মথৌনা ইরাই লাইনা খঙবা ঙমগনি হায়বসি ঐহাক্না থাজবা লৈ। মতুংদসু অসিগুম্বা লাইরিক কয়া ইবিরক্লুনা মণিপুর নুপীশিংবু পৃথিবী মীপুম খুদিংনা শক খংবদা য়াম্না তেংবাংগনি খঞ্জে।

নুংশি থোকচোমচা

# ৱাহৈ খরদং

নুংশিরবী ইমা তরুনীগী মণিপুরগী থৌনা ফবী নুপীশিং হায়বা Script অদু পাজরে। ফজৈ ইমা অইবি মণিপুরগী নুপিশিং মৈহৌরোন্দগী মথৌনা মরিংজেল অমদি মীনা লাকচবা ঙমদবা মথৌনা লৈনা মরিক চুম্না ইবা থেংনজে। অপাবা খুদিংমক্কা মণিপুরগী নুপীগী থৌনাশিং য়াম্না লাইনা খঙবা ঙমগনি। হৌজিক্কী নুপীগা থাইনগী নুপীশিংগা থেন্নবা অদুসু অদুম চংখোন্না পাবদা থেংনজে। ইমানা অরিবা ইতিহাসকা শাগোন্নদুনা নুপীশিংবু হেন্না থৌনা হাপ্পীনবা অইবী লৈরি খঙজবদা ঐগী থম্মোয়দা হায়নিংঙাই লৈতনা ইমাবু থাগত্তা ঙমদে।

মণিপুরগী থৌনা ফবী নুপশিংগী ইবতা নত্তনা থোইদোক হেন্দোক্লা মণিপুরগী Veteran Sports কী লমদসু অন্তরজাতিগী থাক্তা পৃথিবীগী লৈবাক কায় চত্তুনা স্নাগী মেদল কয়া লৌরকপী অমানি। নেস্নেলগী থাক্তা মেদল ২০ মুক লৌবক্লবী ইমানি। সোসিএল ৱার্কর অমা ওইনা ইন্দিয়াগী মফম খুদিং চত্তুনা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা জাৎ মান্নদবশিং পুবগা Training তৌহন্দুনা হৈহল্লি। মণিপুরগী খুঙ্গং খুঙ্গংদা চত্তুনা Self Help Organisation গী Advisor ওইদুনা তাকপি তম্বীবগী থবক তৌই। পৃথিবীগী অনৌবা ধর্ম্মা Bahaifaith পু য়াম্না থাজনা নিংজবা মপাল নাইদনা তৌবা ঙম্না ঈশ্বরগী মতিক মগুণ তাজবা পাম্বী কলমনিষ্ট অমনি। মতুংদা লাইবিক কয়া পুথোকপিবকখিগনি হায়না আশা তৌই।

কেঃ বিঃ ইঙারেম্বা
সেক্রেটরি, ওল মণিপুর কলমনিষ্ট য়ুনিয়ন
ইম্ফাল, মণিপুর।

# ৱাহৈ খরদং

ইচে ইবেম্মা শগোলশেম তরুনি দেৱীনা মালেমগী মফম কয়া হায়বদি মালায়াশিয়া, থাইলেন্দ, শিঙ্গাপুর, হোলেন্দ, ফিনলেন্দ অমদি সুইদেননচিংবা লৈবাকশিং চৎলুবদগী থেংনরকপা মফমশিং অদুগী নুপীশিংগী মথৌনা মরিংজেলশিং অদুগা ঐখোয়গী ফুরুপকী নুপীশিংগা চাংদম্নদুনা ইবা লাইরিক "মনিপুরগী থৌনা ফবী নুপীশিং" হায়না মীংথোনবা অসি পাজরুবদা অইবীগী পুক্নিংদা ফাওরীবা থৌনাফবী মনিপুরগী নুপীশিংবু অসুক্কী মতিক ৱাংনা থাক্কৎপদা পুক্নিংদা ফাওরকখি মদুদি ঙসি ঐখোয়গী তংদু লৈতাদবা খুন্নাই অসিদা ফুরুপকী অরিবা ইতিহাস ফাক্কুনা নুপীশিংবু হেন্না থৌনা হাপ্পীনবা অইবী লৈরি খঙজবদা ইচেম্মবু থম্মোই শেংনা থাগৎচরি। অসিগুম্বা লাইরিক অসিনা ঐখোয়গী ফুরুপকী নুপীশিংবু হেন্না থৌনা লিংজেল হাপ্পিদুনা মালেমদা ঐখোয়গী খুন্নাইবু অহোংবা চাওখৎপা অমা পুরকপদা অচৌবা মতেং অমা ওইগনি হায়না থাজবা থমজরি।

মতুংদসু অফবা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙম্নবা ইচেম্মবু থৌনা লিংজেল পিবিনবা তাইবং মপুদা খুরুমজরি।

অরাম্বম অশ্বিনি কুমার
শগোলবন্দ

# অইবীগী ৱাহৈ খরদং



ঙসি মালেমগী ওইনা নুপীগী মথৌনা কয়ামরুম লৈবা তাজবা উজবা মতমদা থৌনা লৈবী নুপীশিংগী তৌথোরকপা অফবা গুণ কয়ামরুম অসিবু করিসু লৈত্রবী ঐনা থাগৎনিংবা ইনিংবা খংহৌদনা পোকলকপা নুংশিরবা লংলবা ঈশ্বরগী ঙমথং ওইরিবী মালেম অসিদা পোকচরিবশিং অদু শিংথাবা পামজবদগী ইজবনি। হৌজিক্কী মতম অসিগী হায়রুরবদি মথৌনা লৈবী নুপীশিং থিরকপা তাবনি। মথৌনা লৈবী নুপী খিবিকপু থাগৎ ৱাহৈশিংবু ইজরগা খুৎ থাজবনী। অহোংবা অমা মালেমদা পুরকপা হায়বসে চেনাদা কলম থাবশিংতনা পুরক্লবগী অহানবা ৱাখল্লোননি। হায়নিংবা কয়া তৌনিংবা কয়া, অথুপপা লৈতনা অরোৎপা লৈতনা কলম হেক্তা থাবসিনা রিভোলুসন অমা পুরক্লবগী অহানবা মচাক ওইবতা নত্তনা মীপুম পুম্নমক্কী ওইনা কান্নবা পিবা হায়বসে অচুম্বনী হায়বদা হায়মনবা থোক্লোইদ্রা হায়না নীংই।

শোক ১৯৩৪ দা থাংমৈবন্দ শিনাম লৈকাইদা পোকচবনি। ঐবু পোকপা ইপাগী মীং শগোলশেম ইন্দ্রমণি কৌই। ইমানা করাম নিংঙোল গম্ভিনী কৌই। ঐগী অপোকপা পষ্ৌনা হায়বীরম্মী "তাইবং মীওইবা পুম্নমক লোইনা নুংশিবীয়ু। চিন্দা ফত্তবা ৱা অমত্তা ঙাংগনু অফবা ঙাইহাক্তা ঙাংগদবনি" হায়বিরম্মী। মদুমক

ঐনা য়াম্না পামজবা ওইনা ইপানা হায়বদু ইল্লশ্মী। ইচিন ইনাও তরেৎ পোকপগী মনুংদা ঐনা অহলনি। ঐনা অহানবা লাইরিক তম্বদী লিলাশিং খোংনাংখোং স্কুলদা তম্লশ্মী। হাপ হেক থাবা মতমদা চৈরাও চীং হায়না হায়নবা চীং অদু ক্রং ক্রং চেল্লগা মথক য়ৌনা কারুরগা হাপ হঞ্জনবা নংনবা চেল্লকই। নংদবা নুমীৎতা ওঝানা খুবাক তিংথোকউ হায়রগা ফুই। তম্ফম্না স্কুলদা মেট্রিক ফাওবা তম্মী। Under graduate ফাওবা তম্মী। চহি ১৩ শুরকপা অদুদগী স্কুলগী মেগজিন্দা শৈরেং অমদি ৱারেং ইবা হৌরিকই।

ঐগী ইপানা লিংখৎপা স্কুল New Girls হায়না কৌবা হৌজিক্লা খুয়াথোং হায় স্কুল অসিদা ওঝা ওইরকই। ওঝা ওইরিবৈদা ছাত্রা ছাত্রিশিংগী স্পোর্টতা ওঝাশিংবু চৌক্ ফম্বী তৌবদা ঐনা 1st তাদুনা ওঝা হেদনা মনা পিরম্মী। অঙাং ওইরিবৈদসু কো ফাইতিং তৌবদা ঐনা লোইনা ঙম্মী।

১। শোক ১৯৮২ দা Manipur Veteran Atheletic Association গী মেম্বর ওই।

২। Sagolband Mantri Leikai Women Development Assn গী Treasurer ওই।

৩। মৈরা পায়বী শগোলবন্দগী সেক্রেটরি ওই।

৪। Self Help Organisation Manipur Chapter গী Advisor ওই।

৫। Manipur Veteran Sports and Culture Organisation গী Founder president নি।

৬। Bahaifaith কী মেম্বরনি।

৭। শোক ১৯৯৫ দা মণিপুরগী লৈশা-পাখঙশিংবু Free Hand Exercise তম্বীবা হৌখি।

অঙাংশিংবু মশা মউ ফনবা জাতিগী তিনজেন লাইচেনবা ওইদনবা হায়দুনা মশাবু য়োকখৎপা হায়বসিনা ঐহাক্কী ইথৌ ওই। ঐনা নুপা নুপীশিংবু ময়ুম ময়ুমদা চত্তুনা শান্নবগী লমদা খোঙদানবা হায়দুনা হৌরম্মী। মীওই কয়ামরুম নেশ্নেল অমসুং ইন্টরনেশ্নেল গী থাক্তা য়ৌজবা ঙমখি। ঐনা খঞ্জে International গী থাক য়ৌরগদি নুপা অমদি নুপী পুম্না চাওখৎপা থাক্তা লাক্কনী। মদুদগী মণিপুরগী মীয়াম নোংমা কাংদনা খোমজৈ।

১। শোক ১৯৮২ দা দিল্লিগী Asian Games তা স্নাগী মেদল অমা ফংলকই।

২। ১৯৮৬ তা নাগপুরদা স্নাগী মেদল ফংলকই।

৩। শোক ১৯৮৭ তা Bangalore দা 5 Km Walking Race তা স্নাগী মেদল ফংলকই।

৪। শোক ১৯৯০ দা Hydrabad তা 22 Mt run দা স্নাগী মেদল ফংলকই।

৫। ১৯৯১ দা Europe কা Turku Festival শরুক য়ারুই।

৬। শোক ১৯৮৫ দা ১০ শুবা Asian Veteran Atheletic Championship, New Delhi দা শরুক য়াকুবদা স্নাগী মেদল অমা ফংলকই।

৭। শোক ১৯৯১ দা Malayasia দা Bronze Medal অমা ফংলকই।

৮। ভারতকী ষ্টেট খুদিং চত্তুনা শান্নরুরে অমদি মেদল ২০ মুক লৌজরক্লে।

৯। শোক ২০০২ গী মেগী তাং ১৩ দগী ১৫ ফাওবা লমজেল চেল্লুবদা স্নাগী মেদল অহুম ফংলকখি।

ঐনা অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা ঈশৈ ইবা অসি পাম্লম্মী। ঈশৈ ময়েক ইবা পামদুনা ময়েক ১০০ ইবদা All India Radio না Approve তৌই। Bahaifaith কী ঈশৈ Cassette তা ময়েক য়াউই। নেটাজি ইরাবোৎকী ঈশৈ ময়েক ইদুনা Audio Cassette তা ফোংবদগী তাজবসু ফংই। মণিপুরগী ঈশৈ ময়েক খরা সাহিত্যগী পুক্কৈদা খুদোল তমলিবা লাইরিক ঈশৈময়েকশিং অদু মাইপাকপগী খুদমনি।

অইবী অমা ওইনা ফোংজরবা লাইরিক শিং

১)　শক্লগে তারে ঈশৈ,

২)　মণিপুরগী থৌনা ফবি নুপিশিং

৩)　Cassette কুঠি য়েংবা ডাক্তর

৪)　Video Film "হেরোইন মীহাৎপী"

খবরদা আর্তিকল খরা ইজৈ। প্রজাতন্ত্র, হুয়েল লানপাউ, স্না লৈপাক, য়াকাইরোল, ফ্রি প্রেস, লানবুঙ, পঙ্গুং, পোক্লফমনচিংবদা হাপচৈ। ইডুকেসন চাওখৎপা, হকচাংগী মরমদা ইজৈ।

১। Decathron Club Manipur না শোক ১৯৯৬, February ১৭ তা Excellent performance কীদমক্তা Certificate পীরকই।

২। All Manipur Womens Voluntary Assn. না Certificate অমা পীরকই।

৩। An Incentive State Sports Award carrying 2;340 with certificate অমা পীরকই।

৪। 27/8/2000 দা অঙাং ময়াম অমা পুদুনা Ahamedabad তা ত্রেনিং তৌরুই। মখল মথেলগী ময়ামরুম তৌরুই। হৈদুনা লাক্লগা খুঙ্গং খুঙ্গংশিংদা চৎলগা অমুক মখোয়বু তশ্বীরুই। Self Help Organisation গী মখাদা চৎলুবনি। Advisor অমা ওইনা।

৫। ২০০০ দা অগরতলাদা অঙাং ২০মুক পুদনা অগরতালাদা বেগ শাবগী মরমদা তশ্বীরম্মী। লোইনা হৈরগা লাকই। মারিয়া মাংতেনা শেল থাদরকপদগী অঙাং পুজবনি। হল্লক্লগা মণিপুরদা লিমোন্না শাবা বেগ শাবা হৈ, কৈথেন্দসু য়োল্লী।

৬। নভেম্বর ১৩ দগী ১৪, ২০০১ দা Workshop on Human Rights and Development, Sponsored by Government of India, Manipur Guest House তা India গী হোম মিনিষ্টর Pilai না লাক্নুনা Human Right কী মরমদা ব্রাহং পাওখুম তৌনদুনা য়াম্বেম লাবা বাব্রু অনিনা থৌরম অদুদা ফজনা শাগৎলি। মদুদা ঐসু ব্রাহং পাওখুম তৌজৈ Advisor অমা ওইনা Self Help Organisation, Manipur chapter গী মণিপুরদা Human Right কী মরমদা মসিনা অহানবনি।

Three days training of Trainers on Panchayati Raj venue Gouri Sadan Gouhati, Assam Date 27th to 29th December 2000 মফম অদুদা পঞ্চায়েতি রাজগী মরমদা ট্রেনিংদা অঙাং জাতি বিজাতি খায়দনা পুন্না পুদুনা চৎলম্মী। Self Help Organisation কী Advisor অমা ওইনা।

স্না কোনুংদসু কোনুংগী মচা ইবুংহো স্নাজাওবনা Chief Guest ওইরগা চীং তম পোৎলানবগী থৌরমদা Sagolband Apunba Lamjing Lup কী Advisor অমা ওইনা থৌরমদুদা য়াউজদুনা পোৎলানবগী থৌরম পাংথোকখি।

Sagolband Assembly Constituency গী Advisor অমা ওইনা ২০০১ দা Election গী মতমদা পৈশা য়েনবা য়াদে, কেম্প শাবা য়াদে অঙাং মাংহনবা য়ারোই হায়দুনা Candidate খুদিংগী য়ুমদা চত্তুনা অফবা ওইনবা থৌরমদুদা ঐনা য়াম্না ব্রানা মীয়ামগা লোইননা থবক পাংথোকখি।·

শগোলশেম তরুনী
শগোলবন্দ মন্ত্রি লম্পাক।

# মণিপুরগী মথৌনা ফবী নুপীশিং

## অহানবা

সমাজগী অহোংবা পুরকপদা নুপীগী থৌদাং, নুপী য়াউদ্রবদি সমাজ অমা ওইবা য়াদে, মহৌশাদদি নুপীনা ইমুংদগী মপাল থোক্তনা কোল্লিক ব্রাইরম তৈদুনা, ফমুং ফানুং লোইশিন্দুনা মপাল-ইপাল থোক্তনা ইমুংদা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা লৈরম্বা অদুনা সামাজ অসিগী চাওখৎলকপা থাক্তা পুরকপা য়াগদ্রা হায়বদো ঐখোয়না খনবা য়াই। মাপালগী ওইবা চাওখৎপগী থাক য়াওদনা অমদি করিগুম্বা থৌরম অমত্তা খনদনা হায়বদি চাওখৎলকলিবা অমদি অহোংবা কয়া মরুম লাক্লীবা পুন্নমক অসি করিগুম্বা অমত্তা য়াওরুদনা য়ুম মনুংদা লৈদুনা হিংবা অদুনা সামাজগী করিসু তৌবা ঙমদবনীনা মদুনা চাওখৎপা পুরকপদা অপনবা ওইবা তাবনি। ঙসি নুপী সামাজ অসিনা মাপাল ইপাল থোকতুনা করি লৈ করি থৌরম চাওখৎনবা তৌসিগে খল্লুবা মতম অদুদা চাওখৎপা ঙমগনি মৌহৌশাদগী হৌনা নুপিনা থৌনা ফনা হিরম কয়ামরুম থেংনদবা নত্তে, নুপীগী থৌনা "নুপীলাল" দা বাজারদা চেং ফংলক্তবা নুমিৎ মরিনীরোম চাবা ফংলক্তবা মতমদা থৌনা ফবী মৈতৈ নুপীশিংনা কারবার ব্রালাশিংগী দুকান মমাংদা থোরকতুনা থিংবা মতমদা গাড়ী ৭ (তরেৎ) ফৌ হাপতুনা লৈরম্বা থেংনবদা মখোয়না ষন গাড়ী অদু- মৈতৈ নুপীশিং অদুনা ফারগা Police তা পুদুনা চৎলম্মী। অসিগুম্বা

থৌনা ফবী লৈরম্বা ঐখোয়গী লৈবাকনি। মপাল লমদা চেং থাবা য়ারোই হায়দুনা অন্দলোন অকনবা তৌদুনা নুপী ঙাক্তগী ওইবা থৌনাদু পুথোক্তুনা লৈবাক্কী অমদি মনিপুর সমাজগী অফবা থৌওং কয়ামরুম লোৎপা য়াদনা থনমলিবা অসিনি, তাং ১২/১২/১৯৩৯ দা লানমীগা থৌনা ফবী মৈতৈ নুপিশিংগা ইন্নবদা শঙ্গিননা থিনদুনা ইমা-ইবেল কয়ামরুম শোকখিবা, অশোকপা অদুনা মখোয়দা থৌনা অমুক হাপপিখি। অসিগুম্বা ঙসিগী সামাজ অসিদা নুপি য়াউদবা য়াদে নুপীনা চাওরবা থৌদাং অসি লৌদুনা ঙসি পৃথীদা চাওখৎলবা লৈবাক কয়া মরুমদা চাংদম্নবদি ঙমগনী খল্লি নুপীগী থৌদাং অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে। লৈথোকপা য়াদ্রবা নুপীনা মাপাল থোক্তনা চাওখৎপগী থৌরম কয়া অসিদা চৎথদুনা তেংবাংদুনা নুপাশিংগী ওইবা থবক কয়ামরুম নুপীশিংনা চপ-মান্নবা থাক্তা নুপীনা অদুমক তৌবা হায়বসে সমাজ অদুগী অফবা ওইগনি।

হৌজিক্কী মতমদা নুপীনা মপাল ইপাল থোকতুনা সমাজগী ওইবা Association শেমদুনা সামজগী শেন-থুম লাক্লবগী হীরম কয়ামরুম পুথোকতুনা সরকারদগী পৈশা- নুংশা লৌরগা লৈকাইগী শুবা-নোমবা ঙমজদবা শেনদি ৱাৎচবা মীশিংদা শেন্থুং পীদুনা থবক-ইনখাং শুহনদুনা শেনতানবগী লমদা নুপীশিংনা পুথোকতুনা ঙসি নুপিনা সমাজদা কান্নবা পীরী। নুপিগী থৌদাং অসি হৌজিক্তী য়াম্না চাওরে। ইমুং অমদা ইমুং অদু চাওখৎপা থাক্তা শেবা-নুংবা পুমনমক লোইথোক্লবা মতুংদা office অমসুং School খংদে মাগী-মাগী থবক মফম অদুদা চৎতুনা ইমুং-মনুংগী অৱাৎপা কোকনবা হোৎনবসি মৈতৈ নুপিনা হেল্লি হৌজিক্কী মতমদা মৈতৈ নুপিনা-সমাজগী কান্নবা য়াম্না তৌরে, ঐখোয় খুদিংমক্লা উরে। মীওইবনা হিংবদা ৱারবা ময়াই কাবা পোৎ-চৈ কয়ামরুম চারু-থকলুরগা অৱাবা তাবা মীওইশিংবু কন্নবা হায়দুনা মৈতৈ নুপীশিংনা Rehabilitation Centre কয়া মরুম লিংখৎতুনা নুপানা তৌবা থবক অদুগুম্বা থবক কয়া মরুম তৌবীদুনা অনা অয়েক কয়া মরুম ফহনদুনা মীওইবগী পুনসি অদু লাইনা কনবা ঙম্বা থবক কয়া মরুম তৌই।

মৈতৈ নুপীনা লম অমদগী লম অমদা হংগৎ হন্দা চৎতুনা মচা-মশুগীদমক্তা লম খুদিংমক্তগী ললোনপোৎ পুরকতুনা মণিপুর সমাজবু চাওখৎপগী থাক পুরকপা ঙসি নুপীনা থৌদাং লৌরী। মৈতৈ নুপীনা মৈতৈ সমাজবু লম কয়াদা চাওখৎনবা হোৎনদুনা চাওখৎপগী থাক্তা পুখৎনবা হোৎনদুনা থৌনাফনা চোংথোক্লকলি। মৈতৈ নুপি কয়া মরুমনা শামতু ফি, খুদৈ, গমশা, কাংখল, ফনেক, ফনেক ময়েকনাইবা, ফি মতুপ, ৱাংখৈ ফি, লুহোং খোংদোংবদা, ইন্নবা মোইরাং ফি, অহৎপি অসিনচিংবা ময়াম ঙসি অতোপ-অতোপপা লৈবাক কয়াদা লৈরিবা নুপীশিংগা চাংদম্নবদা মৈতৈ নুপীগী হোৎনবা কনবগী থৌনা, সমাজ অসিবু চাওখৎনবা হোৎনবদা লৌরীবা থৌদাং কয়া অসি মীরমদগী তাবদি লাইরদুনা হেনগদ্রা হায়বগী চাওথোকচবা অমা ওইরি। ফি শাবগী লমদা ৱাংখৈগী “Rani Ahongphy” হায়বা অসি মেছিন্নগী মতেং নত্তনা পাঙ্গলতনা ঙসি পৃথীবীগী মতেং, থোকপা মেছিন্নশাবা ফিশা লোনশদগী থোকপা-ফি পুন্নমক্কা চাংয়েং তৌনবদা ঐখোয়গী ফি মৈতৈ নুপীশিংনা-শাবা ফিশিংদগী হেননিংঙাই ওইবা লৈতে হায়না নিংই। মণিপুরগী নুপিনা শাবা মতমদা থৌনা-ফনা, চাগনি থক্কনী খংদবা মখৈ, ফি অমা ককত্রিবফাওবা চাক চারোই হায়দনা খাংবা ঙম্মী। অৱাংবা থাক্কী থাগৎনিংঙাই ওইবা মণিপুর নুপিশিংনা ঙসি অহল মতম ওইরকলবা ফাওবা নিংহন্নবা লৈতনা থবক অদুমক শুদুনা লৈ অৱাংবা থাক্কী ওইবা মৈতৈ নুপিশিংনা শাবা ফিশিং অসি মণিপুরী State তদা নৎতনা মপাল লমদা ফাওবা থাদোকই অসিদা নৎতনা থগাৎনিংঙাই ওইবা নিংথেম নুবী হিজম তেম্বী সিজনা খুত্তনা য়েতুম পাইরগা লোনবা মদুদি য়েংবদা অঙকপা ফংনা ফজে নিংথেম নুবী অদুনা ইনজিনীয়ার মৈনম ভোরোৎকী ফোটোগা মান্ননা মহাক্কি হকচাং অদু লোনবা মীপুম খুদিংগী থমোয়দা অঙকপা অমা ওইনা থোকই। Award সু ফংখি। নিংথেম নুবী অসিনা ফজ-ফজবা মওং তাবা লাইয়েকশিং অসি লোনবদা মানামথুম কয়ামরুম ফংখি।

মৈতৈ ফনেক ময়েক নাইবা অকে-অমোঁদা সেৎনবা ফনেক ময়েক নাইবা অসিগী মপানদা খুৎনা য়েৎতৃমতনা থিল্ল-থিল্লগা লোনবা চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজে। অসিগুমবা মৈতৈ নপীশিংগী খৎশা হৈবগী থবক অসি চাংদমনিংঙাই লৈতনা থোকই ।

চীংগী চাংমী নূপীশিংনা খৎনা শাবা ফি তাদনা থোকলীবা ময়েকশিং মমল য়াম্লবা মোঁছিন্না শাবা ফিনা হেনগনি নিংদে। য়েংবদা য়াম্না-ঙকনিংঙাই ওইবা লৈরোং কয়ামরুমনা হকতুনা শারগা পুথোরকতুনা মদুনা মাপাল লমগী মেছিননা লোনবা অদূদগী পুমহেন হেল্লি হায়না হায়বদা হায়মনবা থোকলোইদ্রা হায়না নিংই। চীংমী চনুরাশিংগী থৌনা করিগু লৈএবী ঐনা শিংথাবা লৌইবা লৈররৌই। লৈতেংগী স্না- মখল মথেলগী মওংদা, স্না অদু মৈ ইক্লগা খুৎনসু নুংথং অমগা পাইরগা পাইজপ অমতগা পাইরগা শাবা ফজবা লৈতেংগী মকোক ওইরিবা স্না-খুশা অসিগী মওং কয়ামরুম খাইদোক্লগা তোঙাল তোঙালবা মওং কয়ামরুম খাইদোক্লগা তোঙাল তোঙালবা মওংগী খুৎনা শাদুনা মপাল লমদা লম-লমদসু Competition য়াউবা চৎলি। কুখুর হায়বা নুপীগী মনাদা য়ানবা খুৎনা-হক্লগা শাবা মওং অমসু মৈগা নুংথংগতনা নুপী কয়া মরুমনা শাই। স্না-লুপপগী স্না শাবদা মৈতৈ নুপী ঙসি Gold Madal ফংখিবী কয়ামরুম য়াউই, মমিং পনবদা কোনসম ইবেচা খুয়াথোং পোলেম লৈকাই। অতৈ থৌনা ফবী মৈতৈ নুপী কয়ামরুম মশিং থিঙমদনা লৈ হায়বসে তাশেংবা ৰাহৈনি। খ্বাংনা শাবা ফি কয়ামরুম ঙসি মপালগী লমদা থাদোকপশিংদি — পুঙৌফনেক মচু-মচু ওইনা শাবা নুপিতনা শাবা ঙাক্তনী Industry গী লমদা মণিপুরিগী নুপী চাওথোকনিংঙাই ওইনা লৈ ঙসি মণিপুরগী অঙাং নুপীশিংনা শীজিন্নরীবা পুম্নমক মনিপুরগী নুপীনা শাবা ঙাক্তনী।

ঙসি খরা চৎথরগা Rural area দা লৈবা থৌনা ফবী নুপীশিংনা থুমোক খরাই, য়াংকোকনচিংবা কয়ামরুম পুথোকলি। থুমোক শাদুনা মনিপুর

লৈবাক পোৎ থোক কয়ামরুম থোকহল্লী। "থূমোক" হায়বা অসি মখল য়াম্মী শংবাই হায়রিবা অসিনা ফৌ ওল্লগা দুকান্দা তাইবা য়োনবা চৎনৈ, শংবাই হায়বা অসি ফৌ ওইনা Kg ২০ রোম চল্লি লিখাইনা শংবাইগী তঙখাইনি। মেরুক হায়রিবা অসিনা থূমোক মচানি kg ১ নত্রগা তঙখাই চনবা লৈ। অসি পুন্নমক মৈতৈ নুপীনা শাবা অদুমক ওইদবা নত্তে খূৎ-শা হৈবগী লমদা নুপীগী থবক থমদবনিনা অদুমক নুপিনা শাবনী। খরাই হায়রিবা অসিনা ঙাগুম্বা য়াইনবা অরনবা ৱানা শাবনি। মসি পুন্নমক মোইরাং কৈথেলদা য়াম্না য়োল্লি। লিৱা ঐখোয়গী মণিপুরদা থোকপা পোৎশক অসিনা শাবনি ঙসি অসিগুম্বা অসি মৈতৈ নুপী অমদি চীংমীশীংনা শ্যবগা মীওইবা সমাজগী কান্ননবা পুথোকপা পোৎশক অসি মণিপুরী নুপীশিংনা শাবনি হায়না হায়বদা লাল্লোই। নুপী অমনা ঙসি নুপা য়াউদনা খুদৈদং য়োল্লগা মচা ডা: তমহনবা ঙম্মী। খুদম ওইনা সোইবম নিংঙোল ইবেতোন নচিংবা মীওই য়াম্না লৈ। ঙসি থৌনা ফবা মৈতৈ নুপী কয়ামরুম মৈতৈ সমাজ অসিদা মশিং থিঙমদনা লৈরে ঐখোয় মীওইবা খুদিংগী নোংমগী চংদবা য়াদ্রবা পোৎ চৈ কয়ামরুম অসি নুপীশিংনা তৌবা ওইনা তৌই। হৌজিক চাওরবা মণিপুরগী লৌবুক খুদিংদা কোকশেৎ শেৎলগা মৈতৈ নুপী ঙাক্তা লৌবুক্তা নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা উবা ফংই। মসিনা তাকপদি থৌনা ফবী নুপী পোকপী ইমা লৈবাক মণিপুরনী হায়বদা হায়মনবা থোকলোই নিংই। লৌলিংবা, হাবেংবা, লৌ খাওবা, লৌ য়ৈবা, হুমাই-হুম্বা পুন্নমক অসি নুপীতগী মথৌনি।

মহৌশাদি কোল লৈরমদবনীনা নুপিনা খুৎনা ফৌগুবা হায়বা অমা লৈরম্মী। চেংকোক লল্লোনবা হায়বসে, নুপীগী খুৎনা নুংগী চক্রি তল্লগা নত্রগা সুমবলদা শুরগা চেং অঙৌবা ওল্লগা চেংকোক লল্লোনবা হায়বদো ওইরগা মচা-মশু পুন্নমক য়াম্না নিংনা লাইরিক লইশু তমহনদুনা অমদি মচাশিং মপুরোইবাশিংগী মতেং পাংদুনা মনিপুরদা চাওখৎ-থৌরমদা লমজিংবা ঙম্মী। মৈতৈ নুপিনা চেংপাক শুরগা লল্লোন্দুনা নুপিগী থৌনা পুথোক্তুনা

শেন্দান লখীদসু ওইনা থবক চংথৈ চেংপাক শুবা হায়বা অসি লৈবাক হুৎলগা কোম মচা অমা তৌরগা য়োৎ অমনা মখা থারগা "উ" মকক অমনা মখুল অদুদা তানবা ফিভম শেমলগা নুপী অদুগী মখোংনা লেপলগা চেংপাক অদু শুরম্মী। চেংপাক হায়বা অসি য়াম্না কান্নবা মীওইবগী হিংনবগী চংদ্রবা য়াদ্রবা চিঞ্জাক অমনি। হায়রিবা অসি লৈশেমঙৈদগী হৌনা তৌরক্লবা মৈতৈ নুপীগী খুৎ-শাগী পাংগল শীজিন্নবা মওংনী।

মমাংঙৈদগী হৌনা থৌনা ফবী নুপী লৈরম্মী শীংথানবা য়াবা লমজিংবি নুপী লক্তা অথোইবী খাইদেম প্রমোদিনী, ওঝা থোইবী, লাইরিক য়েংবম ওঝা সোরোজিনী (সোরোসিজ) ওঝা শুমতি, সৱাইজম ওঝা পোদা অসিনচিংবী মনিপুরীগী থৌনা ফবী নুপীলকতগী অথোইবীশিং অসি মনিপুরগী অফবা থবক কয়া মরুম তৌবিরমবা ঙাক্তনী। খাইদেম প্রমোদিনী হায়বী মৈতৈ চনু অসি ওঝা ওইদুনা মহৈরোই খুদিংগী তম্বীদুনা ঙসি মনিপুরদা লৈরীবা নুপীনি। মহাক্না লাইরিক লাইসু কয়ামরুম ইদুনা চাওখৎপগী থাক্তা মনিপুরবু থম্বীবা অদুতা নত্তনা মহাক্না ঙসি K.P. Sound হায়না মীংথোনদুনা সমাজগী কান্নবা থৌরমশিং তারীবা নুপিনী। মহাক্না ইবা ৱারি লাইরিক কয়া মরুম ঙসি Central Library অমদি মনিপুরগী মফম খুদিংমক্তা থুংনা কান্নবা পীবিবা অদুগুম্বী মৈতৈ চনু অশেংবীনি ।

ওঝা থোইবী অইবী অমনি মনিপুরগীদমক্তা চাওখৎ থৌরাং কয়ামরুম তৌবী নুপিনি। মহাক অসি অইবী অমনি মহাক্না ইবা ৱারি লাইরিক অদুদা য়াম্না ফজবা পাওতাক অমা য়াউই। নুপীনা মৱা মপুরোইবা হঞ্জিল্লকপা মতমদা লাইগুমনা সেবা তৌগদবনী। মপুরোইবদা নুংশিনবা শেমজনবনা হয়েং মচা পোকপা মতমদা ঙসাইগী শেমজনখিবা অদুগী ইফেক অদুনা য়াউরগা ওইরকপা অঙাংনিনা অঙাং অদু পংনা পোক্লকই হায়না ইবা লাইরিক অদু ঐনা পাখি। অসিগুম্বা ফজখ্রবা ওঝাগী পাওতাক্লা থল্লবা লাইরিক অসি কনা অমা ফাওবা ইরকত্রি। লৌবা য়াবা পাওতাক অসি

খ্বাইদগী ফজবা মনিপুরগী ওইবা মৈতৈ নুপী মরকতগী তমজনিংঙাই ওইবী অহেনবী অমনি।

পী, এ্রৈচ, পোদ হায়বী মৈতৈ নুপী অসি ওঝা ওইনা তম্ফাম্না স্কুলদা লৈরম্মী মহাক অসি মনিপূরগী ওইনা ইহান হান্না Veteran Athletic Championship তা অমদি International গী থাকতা শরুক য়ারুরবী স্নাগী মেদল ফংলকপি অফবা হিরম কয়াদা শরুক য়ারুবী নুপীরকতগী অথোইবী মৈতৈ চনুনী।

ওঝা সোরোসিজ অসি খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা লৈবী নুপীরকতগী অথোইবী অমনি মাহাকনা তম্ফাম্না স্কুলদা ওঝা ওইরম্মী। হকচাংসু য়াম্ন শেংনা অনা অয়েক য়াউদা মশা মউ খিংখিং লাউনা হৌখিবী নুপি অমনি।

মীওইবা হায়বা অসি সমাজ অমা লিংদুনা লৈবা অথোইবা জিবনী। মরম অদুনা সমাজ অমা লিংবা শেম্বা হায়বা অসি মীওইবা ঐথোয়গী থৌদাংনি, ঈশ্বরনা তাইবং পান্দ জিবা খুদিংমক কয়াদা নুংশিনা নুপা নুপী হায়না খায়দুনা শেম্বীরম্লে। সমাজ অমা চাওখৎনবা হোৎনবা হায়বা অসি নুপা নুপী চংদ্রবা য়াদ্রবা অমনি হায়বদি চাওরবা থৌদাং অমনি সামাজ অমা চাওখৎনবা হোৎনবদা নুপীগী থৌদাং চাওনা লৈ হায়বসে পুন্নমক খঙ্গনরবনি নুপী হায়বা অসি সমাজ অমগী চাওরবা মমানি অঙাং অমনা পিকলিঙৈদা মমা ওইরিবিশিংগী মীৎয়েং মখাদা লৈদুনা চাওরকপা, মমাগী লিচৎ শাজৎ অদু মচানা তম্মী, অঙাং হায়বা অসি ফহনগে হায়রবদি মমা ওইবী কয়া অফবা ওইদবা য়াদে। খুন্নাই অমা চাওখৎহনবনি। অফবা মীওই খুদিং চাওখৎহনবনি। অফবা মীওইনা অফবা সমাজ পুরকপা ঙম্মী অফবা খুনাই অমা সেম্বদা নুপীগী থৌদাং য়াম্না চংই, মরমদি মীওইবগী ফজবা লিচৎ শাজৎ পুন্নমক নুপিদগী সেমলকপা ঙাক্তনী। য়ুম অমদা লৈমিন্নবা মতমদা হরাও তয়াম্না লৈমিন্নবা হায়বসি নুপীদগী পুরকই। নুপী অমগী থৌদাং

হায়বসি য়াম্না চাওখ্রবা অমনি। মপুরোইবগী সেবা নিংথীনা তৌদুনা মচা ফজনা শেন্নদুনা লৈবী ওইগদবনি।

উচেক অমা মশা নাম্মা ককথৎলগা পাইবা য়াদে। অদুগুম্বা নুপা নুপি চপ মান্নবা ইমুং অমা পুদুনা মচা য়োকমিন্নগদবনী নুপা ঙাক্তনা য়ুম অমা লিংবা য়াদে নুপী য়াউদবা য়াদ্রবনি নুপীনা ঙসি Sport তা ঈশৈদা, ফীশা লোনশাদা, ইবা খোৎ পদা হিরম পুন্নমক্তা চাংদমনিংঙাই লৈতবা অসি ঐখোয় মনিপুরগী চীং-তমগী নুপীশিংনা খরা মীতোপকী লৈবাক্তগী হেনবরা হায়না নিংই।

নুপি লানদা হৈশিংবী নুপীশিং ১। নোংমাইথেম খোংনাং দেবী ২। রাজকুমারী স্নাতোম্বী ৩। ব্রাহেংবম তোঙ্গৌ দেবী ৪। তোংব্রম সাবী ৫। শারুংবম লৈমাতোন ৬। লাইশ্রম নিংঙোল ক্বাকলৈ দেবী ৭। ক্ষেত্রিময়ুম ওংবি মুখি ৮। চোংথাম অমুবী ৯। ব্রাইখোম কুমারি। নুপীগী থৌদাং অসি সমাজ অমা ফহনবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা অমনি। সমাজ অমা সেম্বা তারবদি নুপীগী থৌদাং কাওথোকপা য়াদে। ঙসিমকসু ইমা ইবেলশিংনা নিশাবন্দ হৌদুনা ইচা-ইশুশিংগী য়াইফানবা হোৎনদুনা অহিং মিৎশেল খাংদুনা চাওরবা থৌদাং অমা পুরি কান্নবা থৌদাং কয়া লৌখি। মনিপুরদা থোকখিবা নুপী লান হায়বা মতম কয়ামুক চংনা তৌখিবা অদুনা তাকপদি মনিপুরগী নুপী থৌনা ফৈ হায়বদো লাইনা উবা ফংই। ১৯৩৯ ইং December, ১২ গী পোইনু পানখৎলকপা, লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুংদাং পুং ৬ তাবদগী নুপীলান হৌখি অসিগুম্বা ঐখোয় মনিপুরীগী থৌনাফবগী লিংজেল উৎথোক্তুনা অকনবা লান থেংনবা ঙমখি। মনিপুরগী নুপীদি মমিৎতা মথিবোং পাল্লি হায়নবা লৈ, শিবা কিদনা থৌনা, ফবী ঙাক্তা ঙাইরবা অদুনা ঙসি সমাজ অসিদা নহারোলশিংনা হিরম খুদিংমক্তা থৌনা ফনা চোংথোরকতুনা অফবা থবক কয়ামরুম পৃথিবীদা লম্বা পাবা ঙম্মী। মনিপুরগী নুপীলান অদুদা মকোক চীংবী নুপিশিংনা মহারাজ চুরাচান্দ কৌথোকতুনা টেলিগ্রাম ওফিসকী অকোইবদা

মৈতৈ নুপী লিশিং লিশিংনা ওফিস অদু কোইসনখ্রে মতম অদুদা অসাম রাইফলগী সিফাই অদুবু অকিবা লৈতনা নোংমৈ মতোন্দা চেং থাবা য়াদে হায়দুনা অকন্বা খোলাও তত্তনা লাউখি। নোংমৈ মমাংদা নুপিশিংনা অহনবা লৈতনা তকশিনবা তোকতে। সিফাই লান তাবা হৌরে লাথি চার্জ তৌবা হৌরে। সঙ্গিন মতোননা থিনদুনা তথোক্লকপাদা মৈতৈ নুপী ২০ লোম থিনা শোকলে। ৬ অমসু য়াম্না শাথিনা সোকখি। মৈতৈ নুপীনা বৃটিস লানমিগা মাইয়োক্লনা কন্না লান থেংনখি।

প্রজা সামেলোননা মনিপুর মহিলা সামেলোন কৌবা নুপীগী ওইবা সংস্থান অমসু সাগৎলে। মনিপুরদা লৈরম্বা মী ১৮ অন্দালোন অসিদগী তোকখরে, মপান্দা চেংথাবা থিংলে, প্রজা ময়াম জয় ওইরে, সাবকারনা ধারা ১৪৪ চালাইরবসু ২/৩ তিনবা য়াদে হায়রবসু নুপিশিংনা ধার ১৪৪ থুগাইরে। মৈতৈ নুপীগী উতুপকা পুলিসকী নোংমৈগা পান্নখি অসিগুম্বা মখোয়গী থৌনা পৃথীবীদা অতাংবনী। অতোম্পা Country শিংনা ঙক্লখি।

শাবী দেবী, তোঙ্গৌ দেবী লৈবাক লৈমা মখোয় অসি জেলদা থা ৬ রোম থমখি, ইমা লৈবাক্কীদমক্তা জেলদা লৈবা কিদবী মৈতৈ চনুশিং অসি ঙসি নুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ শিবা নাইররোই। ১৯৯৫ দা মনিপুর অপুম্বগী সন্নিভেল ওপোরেসন তৌবা মতমদা মীপুম খুদিং মীপাইনরবা মতম অদুদা কিবনা থক থক নিক্লবা মীশি মীনা কয়া মচা-মশু কয়া শিবগী খয়াৎতা তাথিগদ্রা চিংনবদগী ইমুংদা থোংলোনসন্দুনা থন্নরবা মতম অদুদা মৈতৈ নুপিশিংনা লম-লমগী অমতা চিথাদনা ওপোরেসন তৌবীনু, মীচম প্রজা হাৎপিনু হায়না নোংমৈ গুলি মরক্তা য়াম্না থৌনা ফনা সরকারগী মনাক য়ৌনবা August তাং ১৬ খোংচৎ অমা চৎখি। চহি ১৩ শুবদগী চহি ৮০ শুবী নুপিশিংনা থৌনা ফনা খোংচৎ অদু চৎখি।

অঙনফৌ লোকপা মতম অদুদা মোনোপোলিস কারবার ব্লালাশিংনা চেং তকপা অমদি চেং মপানদা থাদোকপা মতমদা চেংগী মিলসু মনিপুরদা

লৈবা হৌরে মনিপুরগী প্রজানা চাক চাবগী মহুত্তা মীরৈবাক্তা চেং থাদোকপা মতমনি প্রজা পুম্নমক হা হা কার লাওনরবা মতম মতমদা ডিসেম্বরগী তাং ১১ গী অয়ুক খ্বাইরম্বন্দ দুকান মমাংদা মপান্দা থানবা হোৎনবা অদুবু ইমা ইবেলশিংনা অকিবা লৈতনা থিংবা লাক্লরম্মী। অদুবু চেংথাবদি লেম্পা লৈতে। চারা হেল্লবী নুপীশিংনা নোংঙাল্লগা বজারদা তিল্লে চেং থানবা ফৌ গাড়ি অদু ইমা ইবেলশিংনা থিংলে অমসুং ফারে। অসুমনা চেং চারা অমগা শঙ্গিন মতোন অমগা শিন্নদুনা মথৱাই থাবা কিদবমখৈ মনিপুর কন্নবা চোংথোরকলে।

Tahrih Khanion হায়বী অসি Iran দা পোকপি নুপিনি মহাক্না ঙসি ইরান হায়বা লমদা মথৌনা ফনা তৌবা ঙম্বা শক্তি পুথোকতুনা থবক কয়ামরুম তৌরমলগা হায়বদি ইরানগী Muslim শিংনা নুপিশিংবু অৱাবা চৈথেং পিখি। মরমদি মখোয়গী নুপিশিংনা মৱা মপুরোইবা নত্তনা মমাই অদু কনাগুম্বা অমদা উৎপা লৈতনা মতম পুম্বদা খুমদুনা থম্বা চাওখৎতবা অদু কোক্লবা হায়দুনা মহাক্না মীয়ামগী মিতিং অমদা মমাই অদু হাংদোক্লগা ময়ামদা নুপীগী নমথবগী থাক্তা থম্মীবা অদুনা কৈদৌঙৈদা চাওখৎপা থাক্তা পুরকপা ঙল্লোই অসিনচিংবা ফজখ্রবা ৱাহৈ, চৎনবা য়াবা খরা মরিক চুম্না ঙাংলুরবা মতুংদা মহাক মতোমতা থাংনা থিন্দুনা শিজরম্মী। মুসলিমশিংগী চৎনবী নুপীনা মমাই হাংদোকলবদি অইনগী ৱাংমাদা লৈরবনি হায়দুনা হাৎখিবা তাবানি। হাৎকদৌবা লৈরবদি হায়দুনা মতোমতা শিজবনী। পৃথীবীগী ওইনা নুপী খুদিংমক অসি মথৌনা লৈবী ওইনা তৌই।

ঙসি চাওখৎলে হায়রিবা লমশিংদা নুপীবু হন্থবা থাক্তা অদুমক থম্মীরি, মীওইবগী সমাজ অসিদা নুপীবু য়াম্না তোম্থনা থম্মীরী। নুপাগী য়াথং য়াউদনা নুপিশিংবু করিগুম্বা থবক অমতা য়াউহন্দনা থম্মীরী। নুপি চাওখৎলবা মতমদা সমাজ অদু শুংসোই সোইদনা চাওখৎপা থাক্তা লৈবা ঙমগনি। চাওখৎপা মংঙাল ফংলবা মনিপুর নোংমা নোংমগী হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎলকলে হায়বা য়াই চাওখৎলক্লবা মতমদতা অফবা পুম্নমক ওইগনি

মতম লৈবা খিবিক্তা নুপিনা সমাজগী য়াইফনবগীদমক্তা নুপিনা মথৌনা পুথোকতুনা থবক অফবা কয়ামরুম পাইখৎলি। September গী তাং ৯ দা ১৯৯৬ মপাল কাংজেবুংদা মিতিং তৌদুনা থৌনা ফনা লাউথোকতুনা অৱাবা ফোংদোকখি। ১৯৩৯ দা নুপী পুন্নমক পুন্সিল্লগা সোতো সাহেবকী ওফিস মমাংদা চেং থাবা য়ারোই হায়না কন্না লাউদুনা নুপিগী থৌনা পুথোকখি। অসুম্না মৈতৈ নুপীগী লালহৌ অসিদগী মনিপুর সরকারদা অশেংবা অওনবা অমা লাকহনবা ঙমখি। অশেংনমক অওনবা অমা লাকহনবা ঙমখি। অশেংনমক ভারতকী নুপিশিংনা পিক্লবা লৈবাক অসিগী নুপীগুম্না ভারতকী ইটিহাসতা ময়েক মঙাল নাইনা থনম্বা ঙমখিদে। অসিগুম্বা মথৌনা লৈরবা লৈবাক্কী অৱা অনা অমদি নুংঙাইবা কয়াদা নুপাদগী শোন্থদ্রবদি নুপি কয়া লৈবা অসিদা পোকখিবনি। ভারতনা মনিং মখা তম্বা ঙমদ্রিঙৈদা ঐখোয়গী নুপিশিংনা বৃটিশবু তাম্থোক্কবা হোৎনবদা রাজনিটিগী থোংদা খুমাং চাওশিনখ্রবনি। ঙসিগী মনিপুর সমাজ অসিদা লৈরিবা মৈতৈ নুপীশিংগী ফিভম অসিবু ভারতকী অতৈ নুপিশিংনা পৃথিবীগী নুপীশিংদগী য়াম্না ৱাখল লৈরীবা অসি হৌখ্রবা ইমা ইবেলশিং অদুগী নুপীগী লালহৌশিং অদুদনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই।

নুপি ওইবীগী অশাওবদি হিরাগী মংঙালগুম্বনি, মসিনা ঙালহল্লি চাকথেকহনবদি ঙমদে। Tagore না অশাওবা হায়বসে মীৎ উদবগা চপ মান্নে হায়নবা লৈ, অশাওবদি, মীৎ উদ্রবদি কয়াদা অৱাবগী মশকনো থবক থৌরম পুন্নমক ঙম্বগী শক্তি মাংই। অমম্ববু মারগা চৎপা ৱান-ৱানা পুন্সি লেনবা পোকলমদবনা হেন্না ফরমগদ্রা থনবা মতমনি। অমম্বা হায়বসে কন্নানসু পামদে। অশাওবনা পুন্নমক মাংই রাবোন্না অশাওবদগী হায়বদি মমিৎ উদবদগী লঙ্কা তুন্না মাংখি। অমাংবগী মশক অশাওবা হায়বদো মদুগী খেন্নবদি পৃথিবীদা ফাওরবা Tagore না হায়খি। "নুপি ওইবগী অশাওবদি হিরাগী মঙালগুম্বনি মসিনা ঙালহল্লি অদুগা চাকথেকহনবদি ঙমদে"।

অসিগুম্বা মৈতৈ নুপী থৌনা ফবী নুপি কয়ামরুম শিংথানবা য়ানা লৈবা ইরমদমনি, পৃথীবী অসি নুপীনা শেম্বনি। Newton গী মপাদো ক্রোরপতিনী হায়নবা লৈ নোংমা Newton না মপাদা "হে অসি লৈবাক্তা তারকলিবা করিগীনো করম্না তারকলিবনো" মহাক্কী ৱারী অদু তাবদা তুমিন লৈয়ু হায়রম্মী। মতম অদুদা মমানা লাউ ইমা হায়গে হায়রগা পৃথিবীগী চিংসিন্নবা শক্তি লৈ (Gravitation) অদুনা মথন্তা তারকপনি। নুপিগী শক্তি অঙকপনি মচা হায়বসে মমানা মওং তানা তাকপি নিংই। পৃথীবীগী ফাওরবা India গী Prime Minister ওইরম্বা Jawaharlal Neharu না English কী পাওরৌ অমদা হায়খি নুপী হায়বা অসি Machine of the child অঙাং পোক্নবা মেছিননি। সংসার য়াম্না চাওই। অঙাং অমা সেম্বা মতমদা নুপীনা য়াম্না চাওবা থৌবু ওই। নুপীগী শক্তি নুপীগী থৌদাং ঐখোয়না ঙক্তবা ঙমদে। নুপীদি জগৎ সেম্বনি। লৈমা লিনথোইঙম্বী ঙসি মনিপুরগী ইটিহাসতা অমুবা কালিনা অঙৌবা চেবাংদা ময়েক শেংনা ইরম্বা মতম চুপ্পাদা লেংদনা অদুমক লৈহৌরগদবনী পৃথীনা লৈরিবা ফাওবা মুৎপা নাইদনা লৈহৌরগদবনী।

নুপিরক্তগী অথোইবী সাবীত্রিগী মৱা মপুরোইবা সত্যাবানবু শিরবা ফাওবদা যমরাজগী মখুত্তগী মপুরোইবগী মথ্বাই নিহৌবা ঙম্বী অদুগুম্বী নুপীরক্তগী অথোইবী অমনি। রামায়নগী মতাংদা সিতা সিংথানবা য়াবী নুপি শক্তি লৈবী নুপিরক্তগী অথোইবীনী গুন কয়া মরুমনা তিল্লীবী সতি ওইৱী সীতা রামনা বন্দা চহি ১২ চৎপদা মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা অৱাবা কয়া খাংদুনা রাবোনগী ওৎ নৈবা কয়া খাংদুনা সতি ধর্ম্ম মাংহনদনা অৱাবা কয়া খাংখিবী সতিনি। Samsun হায়বা খ্বাইদগী হেন্না কনখ্রবা জগৎনা মাইথিবা পিবা ঙমদ্রবা অদুগুম্বা নুপাদো Dellialah না লাইনা নুংশিনরগা শক্তি পুথোক্লগা মশম ককথত্তুনা Samsun বু মাপাঙ্গল শোক্সহনবা ঙম্মী। মহাক্কী থৌনা পৃথীবীনা ঙক্লখি। মমানা মচা য়োকপগা মপানা মচা য়োকপগা অদুম্মক খেন্নবনি।

Harculis হায়বা কনবদা মপা লৈত্রবা নুপা অদু নিংথৌ অমগী মচানুপী ৭ শুবী অমনা Harculis বু লাইনা লাকচাবা ঙমখি, অসিগুম্বা পৃথীবীগী থৌনা ফবা লিংজেল লৈবী নুপী কয়া মরুম লৈ।

মৈতৈ নুপিদি ঈশ্বরনা তোপ তোপনা সেমজকলবা মীওইনি হায়বসে প্রমান কয়া মরুম লৈরবনি। ইমুংগী অৱাবা থবক খুদিংমক মাহাক্না কোকথোং নাদুনা অদুম্মক পুরিবনী। ইমুংগী নুপী অমনা মোমোন নোক্লুনা মহাক্কী থবক খুদিং ৱাই হায়দনা তৌবা ঙম্মী অমোংপা লৈতবী মীঙোন্দা ইচম চন্না উহনবী অফবা থবক্তা শক্তি লৈবী নিংহন্নবা লৈতবী থবক খুদিং ঙন্নবা হোৎনবী অমদি মীওইবনা তৌথোরকপা খুদিংমক লোইনা খংবা ঙম্বগী শক্তিসু অদুম মৱৈ।

মনিপুরগী ওইনা চহি ৭ খুনতাকপা মতম অদুদা অৱানা মনিপুর ঙমগে তাল্লকপা মতাং অদুদা ঐখোয়গী মনিপুরগী য়ুম ২০০ রোম ঙাইরকলবা মতমদা থৌনা ফবী নুপি খরনা য়ুম য়ুমদা চৎতুনা কনা করি করম তারিবগে কোইনা চৎতুনা য়েংশিনবগী থবক অদু পাইখৎলম্মী। হাইজ্রাং পাইবনা পাইবা খুৎলাই পাইরগা অৱাশিংদা মবুকতা থাংনা থিল্লি। মৈতৈ নুপীনা থৌনা ফানা অৱাশিংবু তকথোকই, অৱানা হনখ্রবদা মৈতৈ নুপিশিংনা খরা খরা তপনা তপনা ইংনা ঙসি ফাওবা পাল্লকলিবা অসিনী। মৈতৈ ইমা ইবেলশিংগী থৌনা য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবনী মৈতৈ থৌনা ফাবীশিং অদুগী মচা মশুশিং অদু হৌজিক লৈরীবশিং অসিনী।

ঙসি সমাজ অসিদা মনিপুর নুপীশিংনা কৈথেনদা পোৎ চৈ য়োন্দুনা সমাজগী কান্ননবা থবক তৌবদা নিংহন্নবা লৈতনা চাবা চাদবা খ্বাংচেৎ লাকশিল্লগা পোৎ চৈ য়োল্লি। মুসলিম, মৈতৈ, ত্রাইবেল হায়রিবা মনিপুরগী নুপিশিং অসিনা অসুক্কী মতিক থৌনা লৈনা থবক তৌবনি ঐখোয়না মখোয়গী থৌনা অসি শিংথাবদা লোইবা নাইররোই। মীওইবগী হিংবদা চৎত্রবা য়াদ্রবা অচা-অথক পুম্বা য়োন্দুনা কয়াদা নুংশিনা হায়বদি য়েংবদা থম্মোয়দা নুংশিবা

সমাজগী সেবানিকো মখোয়না তৌরীবসে খনবদা নুংশিদবা ঙমদে। মখোয়না তুম্না চাবা ফংদবা মখৈ মচা মৱাগী সেবাগীদমক্তনি মখোয়না তৌরীবা।

ত্রাইবেলশিংগী থৌনা মুসলিম শিংগী থৌনা মৈতৈ নুপীগী মথৌনা ঙসি ঐখোয়না নুতিগী ওইনা ৱারি লাইরিক অমদি মীৎনা শং-শংনা উবা ফংলীবা অসিনি। থৌনা ফবী "রানী গাইদেলীউ" গী পুন্সি ৱারী মহাক্না প্রজাগী কান্নবা কয়ামরুম তৌবিরম্বা মথৱাইবু পোম্বা ওইনা মমা লৈবাক্কীদমক্তা খনবদা অমদি থবক কয়ামরুম তৌরমলগা অশিবগী খয়াৎতা অখিবনী অসিগুম্বা শিংথানবা য়াবা নুপি কয়ামরুম লৈবী লৈবাক্কী।

তুম্মীনা লেংদবী পুক্নিংগী চিরোন তৌদবী, মীয়ামগী চৈফু নাচুংদবী অৱাবা কয়া খাংবী থুৎহন্দনা তুমমিননা অৱাবা লিশিং খাংবী অদুগুম্বী থৌনা ফবী পুন্সিগী খমথেংবা পরিক্ষাদা চীংগুম্না লেংদবী, লৈবাকলৈগুম অখাং কনবী, মীংসেলগুম্না অরংবা অশেংবা থম্মোয় ওইবী, প্রকৃতিগী ফজবা কয়ানা পুন্না পুনসিল্লগা শেমলকপা ওইরমগনি হায়না নিংদবা ঙমদে। পুকচেল লেম্পী, হায়দোকলোই হায়বদা পুন্সিগী ওইনা হায়দোকতবা ঙম্মী, অফবা থবক ওইরবদি তিংখং তুম্মৌনা থল্লবসু অকিবা লৈতনা ৱাই হায়দনা অদুমমক তৌবা থৌনা ফবী মৈতৈ নুপীনী।

রবিন্দ্রনাৎ ঠাকুরনা হায়রম্মী নুপীদি তংখাই অমনা মীওইবনি, তংখাই অমনা কল্পননি, নুপিদি নুপাগী মীনাইসু নৎতে, অধামোরাগী মবেম্মাসু নত্তে নুপিনা ঙমদবা থবক লৈতৈ, খাংবা কনবা তৌগে হায়বদা ঙম্বা, মতম লৈবা খিবিকতা মীওইবগী অমদি জিবশিংগী সেবা তৌবা হায়বদি নুপী অমানা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা মহাক্না তৌরিবা থবক অদু ঐখোয়না উবা ফংইবা অদুনি মীগী সেবা অতোপা জীবশিংগীদমক্তা অদুমক তৌদুনা লৈরিবা অদু ইঙান ঙাননা উবা ফংই। নুপীদি ঐখোয়না উবদা মীওইবগী সেবাগীদমক্তা অমদি তাইবং মীওই খুদিংগী লমজিং মৈরা ওইনা ঈশ্বরনা মালেম অসিদা থারকপা ওইরমগনি হায়না নিংই।

মৈতৈ নুপীনা ঙসি মৈতৈ লৈবাক হায়না কৌবা পুকচেল তপ্লবী লৈবাক অসিদা কয়াদা পুকচেল তপ্লা থবক কয়ামুক পাইখৎতুনা সামাজগী ফন্নবা লৈবাক্কী চাওখৎনবা ঐখোয়না মথং মথং উবা ফংই নুপীগী থৌনা হেনগৎলকলি। চাওখৎপা লৈবাকশিংগা পান্নবদা থোইনা নোম্পা লৈররোই হায়দুনা খনবনা থোইনা নুংঙাইবা ফংই। ঐখোয় মনিপুরগী নুপীগী থৌনা ফনা লাকপা মৈতৈ চনু হনবা লৈতবা ইরৈবাক্কীদমক্তনি খনদুনা অকিবা লৈতনা নিংহন্নবা লৈতবা, অফবা থবকতা হান্না চোংথোক্লকপা হায়বসে মৈতৈ নুপীরকতা ওইনা তৌই। মনিপুর নুপীগী থৌনা হায়বদি য়েলহৌঙেদগী লৈরকলবা হনবা লৈতনা মাংদা চংশিনবা নুপীশিংগী ওইরকপনিনা ঙসি সমাজ অসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎতবা ঙমদে। লম অমদা চাওখৎকে হায়রবদি নুপীবু অনেম্বা থাক্তা থমলবদি মীগী লৈবাক্তা মীমান্নবা য়াদবনীনা অহোংবা অদু পুরকপা মতুংইন্না ঐখোয় নুপীগী থৌনা অদু পুথোক্লগা মৈতৈ নুপীশিংনা লৈকাই লৈকাইশিংদা ঙাকপি শেনবীবা ওইরকলি। নুপী ঙাইহাক্ত ঙাকপি শেনবীবা ওইরকলি। নুপী ঙাক্তগী ওইবা লৈকাইগী ওইবা group শেমদুনা লৈকাই ঙাকপা শেনবা, অৱা-অনা থোক্তনবা শেন্নবা হায়বা অসি থাইনদগী চৎনরক্লবা ঙাইহাক্তনী। ঙসিসু মচা মশুশিংগীদমক্তা মখুৎতা মৈরা পাইদুনা অহিং মিৎসেং খাংদুনা মথৌনা পুথোকলি। মহৌশাদগী হৌনা মৈতৈ নুপীগী অহোংবা লৈতনা অদুম্মক মরৈরি নুপী অসি পাঙ্গল শোনবীনী হায়বদগী অদুমক শোম্বখিবনী, পাঙ্গল কনবী হায়বদি ঙসি নুপানা কল্লিবা অদুগা চপ মান্ননা কল্লম্বা য়াগদ্রা নিংজৈ, ফিজেৎ চাকচা খুদিংদা নুপীনা সোম্বনা লৈ। মসিদা করিসু লৈজদ্রবী ঐনা নুপীনা নুপাদগী হেল্লি হায়জবা নৎচদে নুপীগী গুন থারকপদা ইদবা য়াদদুনা ইজবনি। নুপীগা নুপাগা নুপীগা মান্নবা থাক্তা থমগদবনী হায়না লাইরিক খুদিং ৱাহৈ খুদিং হায়নবা লৈবন্নিনা অৱাংবা থাক্তা নুপীবু পুখৎপিগদবনী।

মুসলিম নুপীশিংগী মরক্তসু মিং পনবা য়াবা সমাজগীদমক্তা অফবা থবক কয়ামরুম পাইখৎপা নুপী মশিং থিঙমদনা লৈরী। অসিগুম্বা নুপীশিং মশিং থিঙমদনা পোকপী মমা লৈবাকনী। মৈতৈ লৈবাক্তা পোকপী নুপীশিং অসি অচুম্বাগীদমক শিবা কিদবী ওইনা উজে।

নুপীদা থাজমানবী মাইথোং হায়না মতম পুম্বদা শৈথা, শৈরেং ৱারি কয়াদা নুপীবু থাগা শৈশকই। মনিপুরদা লৈরীবী নুপীশিংনা ঙসি মনিপুরগী নুপীগী থৌনা য়ৌবা থৌনা ঙমগদ্রা হায়বদো খরা চিংনবা পোকই, নুপীনা ঈশিং অসেংবনা ৱাইরম ফজনা তৈবা খোংফম তাহনদবা অদুদা মচা অমদি মপুরোইবগী চাকপিজবা অসিবু করম্বা লৈবাকতা লৈরমগদবগে। নুপিগী তমজনিংঙাই ওইবা নুংদাংৱাইরম তুল্লসিবোংদা লাই ধুক থাদুনা নুতি নুতিগী ওইনা ঈশ্বরবু খুরুমজবা ঐখোয়বু পোকপিবা স্নামহি লৈম্রেনবু তুমলম্মদাইদা নুতিগী ওইনা খুরুমজবা অসিগুম্বা গুন খরা লৈরবীনী।

নুপা য়াউদনা নুপীনা থৌনা ফাবা য়াদে R.K. Jhalajit না ইবা শৈরেং "চোংনা চোংনা কাগেরা থৌনা ফবা শককেরা" খোং নামতনা চীং কাবা য়াবা হৌনদে নুপা-নুপী অনি পুল্লবা মতমদা থবক খুদিং ঙমগদবনী অনি পুনদবা য়াদে। হিংবা মতমদা অমরোমদা নুপীবু পাঙ্গল সোন্বীনী হায়রমদ্রবদি অদুমক নুপাদৌনা কল্লম্বা য়াইনিংই। মৈতৈ নুপীগী ফানেক জোনজোন লাওনা শেৎলমদ্রবদি অদুম কল্লমগদ্রা নিংই। মৈতৈ নুপিনা লোক্তাকতা ইনচিংবা উরগা অতোম্পা state কী মীওইনা মনিপুরগী নুপিশিং অসিদি ঙকখরেদা হায়রকপা য়াউই। ঐখোয় মনিপুরগী Documentary film য়েংলুবা মতমদা অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি হায়রকপনি। মৈতৈ নুপী অসি নোম্বা কল্লি Office কাখিবনা কাখিবা য়ুমদা লৈহৌবনা পুংশিংগী ওইনা থবক নোম্মী। Economically role লৌবা নুপাদগী নুপীনা হেল্লি। চাকঙল চারগা লৌমী নুপীশিংনা খিৎ নম্না তৌবা উই। নুপীদি মেছিননি হায়না হায়বদা হায়মন্বা থোকলোই। মৈতৈগী ওইনা চাওখৎপসি নোংম-




নোংমগী হেনগৎলকলি। নুপীনা Commissioner (Councilor) ওইহনদুনা মনিপুরগী চাওখৎ খোংথাং তৌদুনা নুপীগী মকুৎ শিজিন্নবা হেন্না অফবা ওইহনবগীদমক লৈকাইগী ওইবা অফবা কয়ামরুম নুপীনা পুরক্লবগী থৌওং থৌশিল চৎথদুনা হায়বদি থৌনা ফনা ঙসি চোংথোরক্লনা Commissioner গী থাক্তা কারকলীবা অসি থাগৎতবা ঙমদে। মীওইবগী পুন্সি মমল্ল য়াম্মী, মীওইবনা হোৎনবদা ঙমদবা লৈতে, পুন্সিবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপা, নুপীবু থাক ৱাংনা থাংগৎপা হায়বা অসে সমাজ অমা চাওখৎপদা মতেং য়াম্না পাংই।

অখাং কনবী শক্তি লৈবী নুপীনী কনাগুম্বা অমনা উহৈ চানিংলবা মতমদা উ-পাম্বীনা উহৈ অদু পীজৈ, অদুগুম্বা মৈতৈ নুপীশিংনা থৌজাল হৈবা মীঙোন্দা পীজ পিথক তৌই। মীঙোন্দা দান তৌবা য়াম্না হৈবী অমসু ওইদবা নত্তে। মনিপুরগী থৌনা ফবী নুপীগী মরমদা ইবা অরাইবা নত্তে, মীওইবগী লাইবক মশানা সেমজবনি। ইচম চন্না দ্রামা য়াউদুনা লৈরম্বা চীনাগী মী পুন্নমক্না লাইগুম্না খংনরবা মাওসেদুঙবু মাগী অনিশুবা নুপী ওইরিবী জীয়াং ফুইং মাহারানীশিংনা কল্লকচনিংঙাই ওইবী নুপী অমা ওইখি। অসিগুম্বা নুপী অমা পৃথীবীদা শিংথানিংঙাই ওইরবী নুপী ১নি। নুপীশিংগী থৌনাদি শীংথানবগী লোইবা নাইদে, মখোয়দা অঙম্বগী শক্তি অমা লৈ ময়াই কাবা চীঙাক্তা মীয়ামগী পোৎথাফমদা থবক তৌদুনা লৈরম্মী নিংঙোল অমনা য়ু অমসুং নুপীদা পুক্লিং লুপতুনা Indonesia গী প্রসিডেন্ট সুকানোগী মরিশুবা নুপী ওইদুনা লৈবাক্কী মবেম্মা ওইখি। নুপাদা মতিক ময়াই লৈবা সুকনোবু মহাক্কী খুদোম্বীদা লৈদুনা হায়বদি নুপী অদুনা হায়বা থবক থৌরম খুদিংমক্তা প্রসিডেন্ট অদুনা অদুম ইন্দুনা লৈখি। নুপীনা ঙমদবা লৈতে। নুপীগী পুকচেল তুরেনগী ইচেল হায়নরিবনী। নুপীনা নুপাদগী হেন্না মথৌনা লৈ হায়বসে world গী ওইবা ৱারী লাইরিকতা তৎতনা উবা ফংই। ঙসি world মশিং থীঙমদনা থৌনা ফবী নুপী লৈ হায়বসে, মীপুম খুদিংমকনা খংনরবা ৱাফম

অমনি। ঐখোয়গী থৌনা ফবী তৌবা ঙম্বগী শক্তি পাইবী অফবা হিরম পুম্বদা মাই ওনসনবী অদুগুম্বী থৌনা লৈবী মৈতৈ নুপী মশিং থীজ্ঞদন লৈবী ইমা লৈবাক মনিপুরনী। মরৈবাক কন্নবা লাক্লবদা শিবা কীদবী কয়ামরুমসু লৈতবা নত্তে ঙসি মৈতৈ লৈবাকতা।

মৈতৈ নুপীগী থৌনানা পৃথীবীগী লৈবাক খুদিংমক্কী নুপীশিংদগী মৈতৈ নুপীনা থৌনা ফবা হেল্লি হায়বসে খুদম কয়ামরুম লৈ মপুরোইবা লৈখিদ্রবা নুপীনা ঙসি চুড়াচান্দপুর, উখূলনচিংবা অরাম্পা মফম কয়াদা চৎতুনা চীংদা কাদুনা চৎলগা শেন্দোং কয়ামরুম পুরকতুনা মচা ডাঃ তমহনবা নুপী কয়ামরুম য়াউই। মচাদু ডাঃ ওইনবা হোৎনবদা নত্তনা মচা অনি অহুম অদুসু মীরক তিন্নবা মনিপুর সমাজদা অফবা মীরক তিন্নবা মনিপুর সমাজদা অফবা অমা ওইহন্নবা হোৎনদুনা মী ওইহল্লি। মৈতৈ নুপীশিং অসি লৈশেমলকপা লাই অদুনা তোপ-তোপপা শেল্লকপা মাল্লি। ঠিকাদার অমগী দালান শাবা মতমদা মৈতৈ নুপীশিংনা কয়াদা থৌনা ফনা কোকশেৎ অমা শেৎলগা নুপা অমগা মান্ননা থবক অদু নুপীশিংনা তৌবা ঙম্মী। রবি অমসুং শরতকী ৱারিদা উপন্যাসতা য়াউবা নুপীনা মৈতৈ নুপীগী থৌনাদগী লাকচবা ঙমলোই হিরম খুদিংদা মৈতৈ নুপীনা থৌনা ফাবা হেল্লি।

এস, কৃষ্ণমহনগী "মৈতৈ নুপী" হায়বা article অদুদা রমায়ান, মহাভারততা মৈতৈ নুপীগুম্বা থিবা ফংলোই হায়না ইরম্মী বৃটিসনা মৈতৈ নুপীশিংবু ওৎ-নৈরম্মী মতম অদুদা নুপানা করিসু তৌবা ঙমদবা মতাংদা মৈতৈ নুপীশিংনা সঙ্গিন মতোন্দা চোংথোক্তুনা বৃটিসকা মাইয়োক্লখিবী মৈতৈ চানুশিংনি। চাবা ফংলক্ত্রবা মতমদা শিবা কিদনা বৃটিসকা থেংনখিবা মৈতৈ নুপিনি। মৈতৈ চনুশিংদি চাদা থক্তবা মতমদসু চাবা মান্না অদুম্মক লেম্লোকপা ঙম্মী। ঙসি ফাওবা ভিক্ষারী মৈতৈ নুপিশিংদা লৈবা উবা ফংদে, মসিনা তাকপদি, পৃথীবীগী নুপীশিংদগী ঐখোয়গী মৈতৈ নুপী খুদিংমক্তা অহেনবা লৈ হায়বা খংবা লাইনা ঙম্মী। যুম কোইবী নুপী অমা ওইনা মৈতৈ নুপীশিংনা

থবক খুদিংমক ঙম্নবা হোৎনবী, নীংহন্নবা লৈতনা মৈতৈ চনু অতাংবা হায়না মণিপুরগী অইবা অইবীশিংনা মতম পুম্বাদা শিংথানবা ঐনা থেংনজে। মণিপুরগী কবিশিংনা মৈতৈ নুপীগী থৌনা হায়দুনা অদুম্মক শিংথানবা অদুমক থেংনজে ঈশ্বরনা তাইবং মীওইবসি করীদা শোইখ্রগদগে থনদুনা কোইসেন শেন্নদুনা অদুমক মৈতৈ নুপীনা ঙসি মখোয় মখোয়গী য়ুমবু শেম্নরগা তুংদা সমাজগী অমুক ফগৎনবা তৌবী মৈতৈ চনু কয়ামরুম লৈ হায়না হায়নিংই। ঈশ্বর হায়বসি ধর্ম্ম অদুবুনি ঈশ্বর হায়বদি অচুম্ববুনী। অদুগুম্বা তৌরবদি ধর্ম্মদগীসু ৱাংবা হেল্লে। মৈতৈ নুপীদি অচুম্বা তৌই। অচুম্বা তৌরিবা অদু ঈশ্বরগী মঙাল ফংলবনি। থবক অরানবা তৌবা মীওইনা ঈশ্বর ফংদে। নুপিনা ঙসি মপুরোইবা অমদি মচাশিং মতম লৈবা খিবক্তা অফবা ওইনবা হায়দুনা ঈশ্বরবু তত্তনা খুরুমলি। ঈশ্বর নিংবা হায়বদি অয়ুক্তগী নুংদাং ফাওবনি নীতি চুম্না চৎলিবা অদু ঈশ্বর নিংলিবনি ঐনা তৌবা থবক অদুগী মহৈ ঐনা অদুমক ফংগদবনী ঐনা ফত্তবা থবক অদুগী মহৈ ফত্তবা অদুমক ফংই।

য়ুমকোইবী নুপী য়াউদ্রবদি য়ুম কৈদৌঙেদা ওইবা য়ারোই। নুপীদি পুন্নমক্কী মমানি। নুপীনা নোমজেন চেন্দুনা থবক পুন্নমক তৌরগা ঈশ্বরদা কৎনবা হোৎনবা ফংই। মনিপুর বজারদা কৈথেল ফম্বী কয়ানা নোংজু নুংশা খাক্তনা অৱা অনা থিদনা পোৎ য়োল্লি থৌনা ফবীশিং অসিগী মগুন থাবা লোইরোই ঐনা চৎচরুবা মফম খুদিং হায়বদি খাদগী অৱাং ফাওবা নোংপোকতগী নোংচুপ ফাওবদা লৈহৌরিবা নুপীশিং অদুদগী মৈতৈ নুপীনা মরম পুন্নমক্তা হেল্লি হায়না হয়জগে Foreign country দা লৈরীবা নুপীশিংদা লৈবীবা শক্তি অদুদগী ঐখোয়গী নুপীশিংনা হেনগদ্রা নিংই।

চাওখৎপা শেন পাইবা খোনী য়াম্না লৈবা লৈবাক্না ঙসি অফবা থবক কয়া তৌরকলি। থবক অদুগুম্বা মৈতৈ নুপীনা শেন-থুম মরাং কাইদনা

খোনি থোকতবা হায়বদি থিজিনবীরবদি খোনি অদুম লৈবা লৈবাকনী, লৈবাক অসিদা মৈতৈ নুপীশিংনা লল্লোনশেন খরা পাইরগা ইমুং-মনুং অমদি সমাজগী করিদা কান্নগদবগে খনদুনা ললোন ইতিক মখল-মখল লৈরীবী নুংশিরবী মৈতৈ চনুশিংগী থৌনা শিংথাবদা লৌইবা নাইররোই।

মৈতৈ নুপীনা ঙসি পুথোকলিবা থৌনাশিং অসি করিগী থৌনা লৈরীবনো হায়বদা মীওইবগী হৈনবী লমচৎ শাজৎ নুতিগী নিয়মশিং য়াম্না শেংনা চৎলি ঈশ্বরবু মতম চুম্পদা থাজবা ঈশ্বর অমতনি, ঐখোয়বু শেম্বীবা মপুবু মতম চুম্পদা কাওদবনা মৈতৈ নুপীগী লিচৎনি। মণিপুরগী নুপীগা থৌনা অমদি ১৯৯০ দগী হৌনা খনখিবনি। নোংমা Central Library দা খবর অমা ১৯৯০ গী ইংলিসকী চেফোং Telegraph য়েংবা চৎপা মতমদা Librarian না ইবেম্মা মৈতৈ নুপীগী থৌনা হায়বা লাইরিক অমতা ইবীরম্মু। মপাল লোমগী মীনা ঐখোয়গী নুপীগী থৌনাগী লাইরিক অমতা য়েংগে (পাগে) হায়বা মতমদা লৈতদুনা য়াম্না নুংঙাইতে হায়রম্মী। মতম অদুদা ঐনা ইগে খনখি। ঐহাক্না ইবদি লোইদ্রিঙৈদা ঐগীদা ঐগী লাইরিক মচা অমখক ফোংবগী চৎলুবা মতমদুসু হান্নগীদৌনা মথৱাই য়াউনা মণিপুরবু য়াম্না নুংশিবা মওংদা ঐবু চা পীরকতুনা হারাওনা মৈতৈ নুপীগী থৌনা হায়বা লাইরিক অমতা ইবিরম্মু অদুম্মক ৪-৫ রক হায়রম্মী। মতম অদুদা ঐনা করিসু খংজদে, হায়বদি খংজবা নৎচদে। লাইরিক ঈশ্বরগী লাইসোন ঈশৈগুম্বা খরা ইজবা নত্তনা অদুক চাওবা মনিপুরগী সমাজদা মতিক মগুন লৈবা কয়ামরুম অদুগী গুনবু করিসু লৈজদ্রবী ঐনা করমনা ইগদবগে খন্বদা অসুক্কী মতিক ৱাজবা পোকচৈ অদুবু থৌনা ফবী কয়ামরুম কোইনা চৎপাদা থিবদি লৈতে। ইন্নবগীসু থৌনা ঐঙোনদা লৈজদে নোংমগীদি ঐনা লেপতনা থিজবা লেপচদে। নোংমসু State Kala Academy দা চৎলগা নুপীলান হায়বা থৌনা ফবী মিং পনবদা ইকাই খুম্নবগী মশক ওইরবা Award ফংখ্রবী মৈতৈ চনু অশেংবী শিংগী লাইরিক পাজরুই।

ইতিক ইপা চাদবী মমল য়ামলবা মৈতৈ চনুশিংগী থৌনা ফবগী ৱারিশিং ইজবা হৌজখি। নোংমা রাজকুমারি বিনোদিনিগী মনাক্তা চৎচরুই মতম অদুদা ঐহাক লাকই হায়দুনা য়াম্না থুনা লেংথোকলকই। মতম অদুদা ঐনা Biodata অমতা পামজে হায়রুবদা ঐগীদি ইরুদুনা কান্নরোই, থৌনা ফবী কৈথেল ফম্বী, নুংজু-নুংশা খাক্তনা মচা মশু থাক্লবা অইংবা অশাবা লৈতবী অখাংকনবী অদুগুম্বীশিং অদু ইয়ু মখোয়গী থৌনা ঐখোয়না ইবদা লৌইবা নাইররোই তাকপিরকই। নংনা ফোংলমদাইদা ঐহাক য়েংগে মতম অদুদা নংনা লৌনিংবা মতমদা হেক্তা লৌরুরাও হায়রকখি।

কৈথেল ফম্বীশিংনা ঙসি অৱা অনা খাংদুনা মনিপুরগীদমক্তা চাওখৎ খোংথাংদা থৱাই হকচাং য়াউনা নোংমগী লেপতনা নোংজুনুংশা খাক্তনা মথৌনা মরৌশিং পুথোকতুনা ঙা কয়া য়োন্দুনা হিরম কয়ামরুমগী পোৎথোক য়োন্দুনা কৈথেন্দা অৱাবা খংদবা মখৈ পোৎ-চৈ য়োনবাগী থবক চখরী। ১) ওইনাম নিংঙোল য়াইমবী ওইনাম লৈকাই, ২) অহোমসাংবম য়ুমশং ফৈজা লৈতোং, ৩) খানামওংবী মৈপাকপি I.T.I., ৪) নিংথৌজম মেম্মা, ময়াং ইম্ফাল, ৫) তেনোয়বী সিজা, শাগোলবন্দ অসিনচিংবা মৈতৈ চনুশিং অসি সামাজগী ওইনা চাওখৎ খোংদা মপা লৈতনা নোমজবী মৈতৈ চনু অহেনবীনি। নুপী হায়বা অসিমক্তবু গান্ধিজিগী লিচিং মখাদা নুপীশিংনা চাওরবা থৌদাং য়াম্মী অমদি রাজনিতিগী ক্ষেত্রগা অহোংবা অমা পুরকলবদি নুপী শেমদোকপা নুপীনা থাক ৱাংনা খঙহনবা লাইরিক হৈহনবা সমাজ অমা শেমদোকপদা শরুক য়াবা অসি তংঙাইফদবনি। নিংতম লান্দা ভারতকী চানুরাশিংনা নুপাগুম্না চপ চাবা থৌদাং পুরগা থৌনা পুথোকতুনা নিংতম্বা পুরকপা ঙম্মী। ভারতা নুপীগী থৌনা পুথোকপা সোরোজিনী নাইদু, বেগ হাসরৎ মোহুনী, জয়মতি জঙ্গীর ছেমরাই শ্রীমতি সাদ সিদ তনথক শ্রীমতি কামদার, শক্তিভাই, ভেগার দার দুর্গবর অবসতিবাই কোখুলে অবাদান সত কামা নসমা সৈত্যবতি কৃষ্ণবাই পন্ধিকরনী হায়রিবা থৌনা ফবী ভারতকী

নুপিশিং অসিদগী ঐখোয়গী মনিপুরগী থৌনা ফাবী নুপীশিং অসিদগী হেনগনি হায়বা নিংদে। হায়রীবী থৌনা ফবী নুপিশিং অসিনা ভারত নিংতম্নবা হোৎনবদা মশাবু করিসু ওইদনা কৎথোকপিনি। মখোইগী মগুন ঙসি ফাওবা মীপুম খুদিংনা থাগৎনরী। মনিপুরগি নুপিলান হায়না খংনবা মনিপুর ইনিংতম্বা ফংনবদমক্তা থোকখিবা থৌদোক অসিগুম্বা নুপীগী থৌনা হায়রুরগা অমদি নৈনরুবদা অরোইবা লৈররোইদবা মওংদা লৈখরে। অইবনা ইবা ঙমজদবগী মওংনি মখোয়গী activity না অদুম্মক মহেল্লগনী। মনিপুরগী নুপীগী থৌনাদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকতুনা চাওখৎপা লৈবাক্কা চাংদম্নবা য়াবগী মওং লাকপদা ঐখোয়গী লৈবাকনা তাথবা হায়বসে ওইরক্কনী হায়বগী ৱাংমদা লৈরী।

নিংথৌজম ওংবী অসেম নিংঙোল সোরোজিনী লিলোং চজিং চীংখোং লৈকাই ইং ১৯৫২ গী মার্স তাং ৩ দা পোকখি সোরোজিনি হায়বী মৈতৈ চানু অশেংবী অসি মনিপুরগী ওইনা সমাজগীদমক্তা অফবা থবক কয়ামরুম পাইখলম্বী থৌনা ফাবী নুপি অমানি। লৈকাইগী ওইনা মাহাক্না অফবা থবক কয়ামরুম তৌখিবী নুপীনি। ঈশ্বরগী মফমদা মথৱাই য়াউনা নিংজবা ধর্ম্মা লৈজবী অচুম্বা চৎচবা লাইগীনী হায়বা থবক থৌরম খিবিক্তা পৈশা পুথোকতুনা চহি খুদিংগী সমাজগীদমক্তা ফনা কৎচবা অথোইবী অমনি। রাজনিতিগী মরমদসু খমথেংনা হৈশিংবী অহেনবা অমনি। মহাকনা ১৯৯৫ দা লংথবান constitution গী commissioner ওইনা মীখন্দা কাখি। মনিপুর অমদি মরৈকাইগী ওইনা অফবা থবক কয়ামরুম তৌখি। পৃথীবীগী ওইনা মতমগী মতুং ইন্না ওল্লকলীবা শকতমদা মীওইবগী কাংলোন হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎলকলী জাতি অমা চাওখৎপা হায়বসে নুপীশিং অদুনা মনিং তমজরবা মতমদা, চাওখৎ থৌরম হায়বদি নুপাগা চপ মান্নরবা মতমদা হায়বদি লক্ষমিগা নরানগা নরান্না চাওবা হেনবা হায়বসে লাইগী হাক্তক্তগী লৈরকলবনি। মওং অমদা নুপীনা education গী মঙাল ফংলবা হায়বদি পুন্নমক খংজিল্লবা

মতমদা অফবা কয়া তৌথোকপদো অদুনা ঐখোয়গী লৈবাক অসি মীথোই মীহেনবা হায়বা অসি অদুমক খংজিনবিবা ফৈ। ঐখোয় মীওইবনা জগৎ অসিদা জিব পুন্নমককী মপু ওইরীবা অসি মীওইবনা মহাক্কী মতিক মগুনতনা থোক্ল থোক্লবা মখল মখা অয়াম্বা অবস্থদা চচ্চবা হৈজবদগী গ্রহ অসিদা লৈরিবা জীবা পুন্নমক্কী অসুম্পা অপু ওইবদা নত্তনা গ্রহ অসিগী ৱাংমাদা লৈরীবা পোৎশক কয়াগী মপুসু মীওইবনা ওইজবা ঙম্মী মহাক্কী মপু ওইবগী পাংগল অদুদি অমারোম য়েতুমমুক্তা চাওবা মিশি মচেৎ অমনা থোপ্তা হায়জিনখিবদা ঈশিংদা মিঃ ৫ দং লুপখিবদা প্রোসেক এসিদ দ্রোপ অমতংগী মনিলনা মনাতোন্দা লৈবদা পোদোন্দা শ্বর কাম্বদা মুৎপগুম্না খুদক্তা থাৱাই থাই। অসুক পাংদবা জিবা অসিনা যুগ যুগ খুদিংগী লৈরকতুনা মচা মশু মথং মথং পোক্লকতুনা মালেম অসিদা লৈবা চললোইদৌরী হায়না মীপাইনরী। সেনচুরী খরগী মনুংদা মালেম অসি মীতনা পুমকুপ কুপশিনখিবা সোইদ্রবনি হায়বনি scientist কয়না হায়নরকলি। মখোয় কয়াগী মোৎ পীনরক্লী। মীওইবা অসিনা করিগুম্বা মতম অমদা মীওইবগী পুন্সিগী মথং মথং শন্নরক্লীবা য়োৎলিদা মরি অমতং তৎখ্রবদি ঙসি কৈশান শওমগুম মুৎখ্রগদবনী। মীওইবদি চীঞ্জাক ৱাৎপদগী শিরমদে। কৈ, শওন্না চংবা ঙমদবা মফমদা লৈরকই। নোং নুংশিত্তগী নাম্থোকপা ঙম্মী, শাতান্বা ঙম্মী, পোথাবা ঙম্মী, নারবা মতমদা ফনবা হোৎনদুনা ফবা ঙম্মী। শিবা য়াবা কয়া ঈশিং ইচাও, মহিক মনাই উদগী তাবা অৱাংবদগী তাবা অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়া অসিদগী মীওইবনা নাম্থোক্লবা হোৎনবা ঙম্মী, ঈশ্বরগী মশক ওইরবা মৈ অকিবগী মশক ওইরবা শিবা য়াবা মৈনা চাকপা পৃথিবী উৎ ওইবা য়াবা পুন্নমক অসিদগী মীওইবনা লাইনা হায়বদি জীব পুন্নমকতগী মকোক ওইবা মরমনা মীওইবনা নাম্থোকপা লাইনা ঙম্মী। মসিননি জিবা পুন্নমক্কা মীওইবগা থেন্নরীবা অসি অমারোমদা অমুক ইশ্বরনা সেম্বীবদা মীওইবগী হকচাং অসি কয়াদা মপুংফানা অমদগী জীবা অতৈদগী কয়াদা মীচং মীখাই নাইনা শেম্বীরকলিবা মখোং অনিনা

লেম্পা ঙমবা অসিনা জীব অতৈদগী লাকচাবা ঙম্মী চোংবা, লৈবা, চৈনবা, নোম্লবা, চিংব, ইনবা, ঙম্বা, কৈ, নোংশা, শামু হাৎপা লাইনা ঙম্মী। ৱাখল খনবা ঙম্বগী শক্তি লৈনা শেম্বীরকতুনা ৱাখল খনবা ঙম্বা, লৈ অসিনা ওৎতুনা ৱা ঙাংবা ঙম্বা লাইরিক পাবা অমদি ইদুনা থনম্বনা মীওইবা পুন্নমক্না পনবা লৌশিং অমসুং হৈশিংবগী পোৎশক থৌরম কয়া তাইবং মীওইবনা জিবা কয়ামরুমগী মথক্তা পাল্লি। মরম অদুনা ফুরুপকী ওইনা লৌশিং কয়া তাননদুনা লৈরী। মীওইবনা অতোমবোম শাই শুন্দ্রংদা পাউ লৌবা, থাদা কাবা, মীওইবনা ঙমদবা লৈতে ঈশ্বরগী শক্তি কয়ামরুম হাম্পীরগা মহাক্কী মচা মীওইবশিং অসি তাইবংদা থারক্লবনী।

মসিদোনিয়াদা পোকপা পাখং অমনা পৃথিবী অসিগী নোংচুপথংবা চিদাইদগী নোংপোকথংবা চিদাই ফাওবা জয় তৌখি। শগোল শজিক্কি উপু অমদা পোকপা নহা অমবু মীয়াম্না পাংতিংদুনা হাৎখি। মতুং খরা লৈরগা নোংচুপকী জগৎকী মীওইশিংনা লানবীবা মাহাকপু কৌদুনা হৌজিকমকসু কপ্পি। ইকুই কুইদনা জর্ম্মনবু লুচিংদুনা পৃথিবী অসিদা ওৎলদুনা পাল্লম্মী শক্তি কয়া শিংনদুনা ঙসিগী পৃথিবী অসিগী অহোংবা মেপ অসি মানা হন্না য়েকহনখি। অসুম্না মী অমমমনা পৃথিবী অসি হোংহনবা করম্না ওলহনবা ঙম্বা মীওই কয়া পোকখিবা. মমিং থাবদা লোইবা নত্তে জগৎনা উনরি মীওইবনা ঙমদবা করি লৈ ব্রহ্মামক্না চহি কয়া মীওইনা পোকচগে নিংবদা ফংদদুনা লৈরিবনি। ঐখোয় মীওইবনা ঙসি ঙমদবা লৈতে। মরৈবাক্কীদমক্তা মথৱাই থাখিবা কয়া অমসু মশিং থিঙমদে। মীওইবনা ঙমদবা লৈতে Delhi দা শুই অমা নল্লগা Holland দা লৈহৌবা পোৎতো লৈরে হায়রকলম্মী হয়েং plane লাকপদা পুরক্লগে হায়না ইরকই second অনিগী মনুংদা অসুক চাওখৎলবা সংসার হায়বসে মীওইবনা শেম্বা ঙাক্তনী অসিগুম্বা সংসার অসি ওইহন্নবা অফবা পুথোক্লবা হোৎনবসি নুপী য়াওদনা য়াদে, মসি নুপীনা পোকপা, নুপীনা শেম্বা মীওই ঙাক্তনী। নুপী চাওখৎহনদবা য়াদে নুপীবু

লমজিংবীদবা য়াদে, নুপী ফহনদবা য়াদে, নুপী খুদিং educational perfection ওইহনগদবনী। নুপী খুদিং লৌশিং লৈহনগদবনী হায়বসে Israel দা লৈবা লম অসিদা পোকপা পৃথিবীগী ধর্ম্ম ওইনা শন্দোক্লকলিবা Bahaullah গী পাওতাকনী। মাহাক্কী পাওতাক মীওই খুদিংমকনা য়ানিংবা ফোংদোক্লরি। পৃথিবী অসি নুপীতগী ওইবা হায়বদি সমাজ পুন্নমক নুপী য়াওদ্রবদি য়ারোই নুপীনা মরু ওইনা হায়বদি সমাজ পুন্নমক নুপী য়াওদ্রবদি ওইবা য়ারোই নুপীনা মরুওইনা দায়তা লৌরিবনী মরম অসিনা নুপী ফত্তবা য়াদে, নুপীনা ঙসি থৌনা ফনা চোংথোরকতুনা অচৌ অচৌবা লমদা শরুক য়াবা হায়বসি তংঙাইফাদ্রবনী অসিগুম্বা থৌনা অসি মনিপুরগী নুপী অমদি মৈতৈ নুপী অশেংবীশিং অসিনা ঙাক্লা চৎপা ঙাইহাক্তা ওইনা তৌবা মরমদগী ঙসি মনিপুর হায়বা লৈবাক অসি চাওখৎপা থাক য়ৌরকলিবা অসিনী। নোংমা নোংমগী মনিপুর চাওখৎলকলিবা অসি মৈতৈ নুপীনা মচা অফবা পোকপা, মচা ফনবা শেম্বদগীনি।

হৌজিক্কি যুগ অসিদা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না শান্নখোৎনবসু মাংজিল অদুমক থারি, নুপিনা অতোপ্পা লৈবাকশিংগা লম্বা পান্নবদা অদুমক শক্তি লৈবী মৈতৈ নুপীনি। গ্রীক হায়বা লম অদুদা নুপীনা স্পোর্ত য়াওবা চৎনরমদে, মতমগী মতুং ইন্না লৈশাবী অমা স্পোর্ত য়াউরুবদা 1st তারম্মী মতম অদুদা মঙোন্দা হংখি নহাক করম তৌদুনা 1st তারকলিবনো মহাক্লা খুম্মী "ঐগী ইমানা ঐবু অসুমনা তৌ হায়না তাকপিখি" মতম অদুদা নুপী অদুগী মমাদো খুদক্তা হাৎতোকখি। অসুম্না থৌনা ফবী greek কী লৈশাবী অদু sport কী লমদা লময়ান্বী ওইখিবা অদুগুম্বা ঙসি ঐখোয়গী মৈতৈ নুপীশিংনা থব্রাই য়াউদুনা মনিপুর সমাজ অসিদা মীংচৎ পুরকপা ঙমলিবা অসি য়াম্না চাওথোক নিংঙাইনি। ঐখোয়না শাননবতা নৎত্না হিরম খুদিংমক্তা ঙসি মৈতৈ নুপীনা মাংজিল থাদুনা মনিপুর হায়বা লম অসি লৈ হায়না মীপুমখুদিংদা তাকলি।

অমারোমদা হায়রগা থাইনগী ওইবা থৌনাফবী নুপীশিংগী চৎনলোনচৎ, ব্যেবহার হায়বদি হায়ফম খংদনা ফজখ্রবা কয়ামরুম উবা ফংবগুম্না হৌজিক্কি মতমগী মৈতৈ চনুশিংগা খিক্তং খেন্নবা উবা ফংদবা নত্তে, অদুবু মসি য়াম্না মওং অমদা লৈবদি নত্তে হায়না লৌজে মরমদি চহি ১০০ রোমগী মমাংদা লৈরম্বা থৌনা ফবী মৈতৈ চনুশিংগী লোনচৎ হায়বদি তৌনরিবা মওং অসি হায়নিংঙাই লৈতনা খেন্নবা উরিবা অসি মতম্না পুরকপনি হায়না খনবদা লালোইদ্রা নিংই ধর্ম্মা অমদি science কা অনি অসি খুৎশম্নমা চৎমিন্নরবা মতমদা অফবা অদু ওইগদনি। থাপতোক্লরবা মতমদা মীওইবা অসি হিংচা য়াইতম্বা লোইনা ওইরক্কনী। চাওখৎলবা science না শুই অমা নম্বদা লৈবাক অমা তুন্না মাংহনবা ঙমগদৌরবা মতমদা ধর্ম্মানা মদু য়াদে হায়না খামম্বা তাবনি, পাপকী থবক তৌব য়াদে হায়না খাম্বা মতমদা অদুম্মক তোক্কনী মরম অসিনা science কা ধর্ম্মগা খুৎশন্নবা হায়বসে তংগ্রই ফদ্রবনি। অনি অসি খুৎশন্নদ্রবদি হাৎনসুনবা নোংমগী নোংমগী মী হাৎপা তোকতবা লৈবাক অদু ওইবা তাবনি।

চাওখৎলকপগী মতুংইন্না science সু য়াম্না চাওখৎলে। সেনচুরী খুদিংগী লমচৎ শাজৎ ব্রাঙাং শাঙাং চাকচা-য়ুথক অসি অহোংবা নাই অহোংবা অসি পুরকলিবনি মতম মতম অদুগী ঈশ্বরনা শেম্বা খুৎশেম পোৎথোক অদুদ্গী থোরকপনী। খেন্নরকলীবা অসি, অহোংবা নাইরিবা অসি মতম মতমগী লিলানি। নুমিৎনা ঙসি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা মঙ্গল পিদুনা তাইবং জিবা অচৎ-চৎতা খুদিংমকপু অফবা পিদুনা লৈবা ঙম্মী। ঈশ্বরনা মতম অপুন্নমক ঙানবা ঐখোয়গা মপোক মপোক খুদিংগী লোইনদুনা লৈমিন্নরকলবনি ঈশ্বরনা হায় নখোয়না করিগী খংদ্রিবনো মপোক খুদিংগী নখোয়গা ঐগা লোইনদুনা লমজিংবীদুনা ঐনা অদুম্মক লৈরকপনি হায়বা অসি মহাক্কী ব্রাহৈনি মরম অসিদ্গী মৈতৈ নুপিশিংনা ঈশ্বর য়াম্না থাজনা মতম পুম্বদা ঈশ্বরগী থৌদাং ইনগদবনি মাহাক্লা হায়বা খুদিংমক

ইনদুনা সমাজগী সেবা তৌগদবনী হায়বা অসিগা লোইননা অফবা থবক কয়ামরুম তৌরকতুনা ঙসি মনিপুরদা মীথোই মীহেনবা থৌনা ফবী নুপী কয়ামরুম থোরকতুনা মনিপুর হায়বা লমদম অসি ৱাংচাওরবা লৈবাক শিংগী মনুংদা মনিপুর হায়বা state অমনি হায়বা লমদম অসি চাওখৎপা পুরকপা হায়বসি নুপীদনা মতম অপুম্বগী ওইনা পুরকপা ঙম্মী। পৃথিবীদা ফাওরীবা মীপুম খুদিংমকশিং অসি মমানা পোকপদগী ইপান মতম ফাওবা মমানা শেন্নদুনা লৈরকপা ৱাইহাক্তনী মচা অদুনা ফবা ফত্তবা মমাগী Advice নী মরম অসিনা মমা ফত্তবা য়াদবনিনা করম তৌরগা ঐখোয় নুপীশিংগী কান্ননবা হায়দুনা থৌনা কয়ামরুম পুথোকতুনা মী অমা ওইনবা মমানা মতিক চাবা মচা পুথোকপা ঙম্নবা মতম লৈবা খিবিক্তা অৱাবা থংদবমখে হোৎনদুনা সমাজগী অফবা থৌদাং কয়াদা খেঙ্ঙ্ষৈদুনা নিতি কাইদনা মণিপুরগী ফন্ননবা চাওখৎনবা হোৎবীবা অসিনী। World গী ওইনা নুপী খুদিংমক তোপতোপা গুন পুথোকতুনা মরৈবাক চাওখৎ থৌরম কয়াদা পুকনীংচংশিনদুনা ঙসি পৃথীবীগী মফম খুদিংগী নুপীগী থৌনা পুথোক্লকলিবা অসি সংসং উরিবা অসিনী। মৈতৈ নুপীগী অশেংবা ৱাখললোনদি মনিপুরগী শক্তম কাইহন্দবা, ফজবা ৱাখললোন মীথৌই মীহেনবা থৌনাফাবী নুপী কয়ানা মণিপুর হায়বা লমদসু ঙসি মণিপুরগী শান্নরোইশিংগী অমদি মথৌনা লৈবী মণিপুরগী মমাই পুরকপী থৌনা ফবী মৈতৈ চনু মমিং পনবা য়াবশিংদি Phairembem Mema Devi. D/o Ph. Ibochouba of Bashikhong — মহাকন্না 1996 Mysore দা তাং ১১ দগী ১৪ ফাওবা Participant তৌরুই ১৯৯৬ দা Delhi দা Haryana দা Participate তৌরুই মংসাতবম ইবেমচা দেবী ১) ১০ মংসাতাবম য়াইমবি দেবী কৌইরেঙ্গৈ ময়াই লৈকাই। ১৯৯৪ দা Haryana অমসুং ১৯৯৬ তা Mysore দা শান্নবা চৎলুই।

Y. Memobi Devi D/o Y. Tombi Singh Yurembam Makha Leikai Sagoltongba ১৯৯৬ তা Vetaran championship

তা Mysore দা sport কী Selection গীদমক্তা Championship তা মহাক্না Manipur গী ওইনা শরুক য়ারুই। মথৌনা ফবী মহাক অসি I.P.S তা থবক তৌবী মৈতৈ নুপী অশেংবী অমনি। মনিপুরগীদমক্তা অসোই অঙাম থোক্তনবা মতম পুন্নমকতা ঙাক শেন্দুনা লৈবী নুপী অশেংবী Sangita হায়বী নুপীরক্তগী অথোইবী শান্নরোই অসি অসুক্কী মতিক থৌনা লিংজেল লৈবী মৈতৈ চনুনী। মহাকসি হৌজিকমক I.S.P. দা থবক তৌরীবী নি, ১৯৯৪ দা Haryana দা veteran championship তা medal ফংলকপি নুপীনী। ১৯৯৬ কী তাং ১৪ April দা Mysor দা championship য়াওরুবদা লমজেলদা Bronze Medal অমা ফংলকই। মহাক অসি নুপী অমা ওইনা শিংথানবা য়াবি মনিপুরগী অথোইবী নুপী অমনি।

Thangjam Subadani, Sagolband Thangjam Leirak, থাংজম নিঙোল সুবদনী হায়বী নুপীরকতগী অথোইবী অসি হন্দক ১৯৯৬ তা Mysore দা veteran championship তা শরুক য়ারুবদা Silver Medal অমা ফংলকই। অসিগুম্বা শান্নরোই অসিনা মনিপুর হায়বা state অমা লৈ হায়বসে ইরাই লাইনা তাকপা ঙম্মী। হিরম খুদিংমক্তা মহাক্না মথৌনা ফনা থবক অদুম তৌনা ঐখোয়না অদুম থেংনবা ফংই। মহাক্কী মথৌনা অসি থাগৎনিংঙাইনী। Huidrom Ibeyaima Devi য়ুম্নাম হুইদ্রোম, I.P.S. তা থবক পুরমবী থৌনা ফবী নুপী অমনি। মহাক্না তৌবা থবক খুদিং থাগৎনিংঙাইগী মশকনী।

Pheirembam Mema Devi, D/o Ph. Ibochou, Bashikhong - মহাক্না ১৯৯৪ দা দিল্লি অমসুং ১৯৯৫ দা হরিয়নাদা, ১৯৯৬ তা মহিশুরদা শান্নবদা শরুক য়ারুবী অমানি। Mangsatabam Ibemcha Devi, D/o M. Yaimabi Singh, Koirengai Myaigei Leikai দা পোকখি - মহাক্না হারিয়ানা ১৯৯৫ অমসুং মহিশুর ১৯৯৬ তা Sport শরুক য়ারুই। Huidrom Ibeyaima Devi য়ুম্নাম হুইদ্রোমদা লৈবা

১৯৪৭ তা পোকখি মহাক্না I.P.S. তা ফি ওইনা থবক পুরম্মী। মহাক অসি মৈতৈ নুপীরক্তগী অথোইবী অমনি হায়না হায়জনিংই মতমচুম্পদা খেন্নবা লাকপনি। খেন্নবদি লৈবা অদুগা খন্নরীবা লাকপনি। খেন্নবদি লৈবা অদুগা খন্নবীবা খুদিং অসি চাওখৎপা হায়বসে Greek কী পাখং অমনা Sacretist তা চাওখৎপা অসি করম তৌরগা চাওখৎকাদবগে হংবদা চাওখৎপা তারবদি নং মশক খংউ হায়না খুমালবী ঐখোয় খংলবা মতমদা চাওখৎপা হায়বদ্রে লাক্কনী। Rome গী পাখং অমনা অমুক অমুক হংবা মতমদা Philosopher সোক্রেচিসনা খুল্লম্মী নংদি নং মশক খংউ ওইয়ু॥ হায়না হায়বম্মী চাওখৎপা হায়বা অসি মৈতৈ চানুরাশিং অসিনা ঐহাক অয়াবা অসি মশক খংলবা মতমদা মরাইনা চাওখৎপা থাক্তা চখৎপা ঙমনী হায়বসে লাইরিক লেংবা অইবশিং অসিনা হায়দুনা ইদুনা অদুম লৈরবনি।

Sapam Chanu Nungthilchaibi : মণিপুরগী ওইনা মহারনী সাবাম চনু নুংথিল বাইবী মথৌনা মরৌশিংদা চাংদমনিংঙাই লৈতনা পুন্নমক্তগী হেন্দোক থোইদোকপী গুন পুন্নমকনা লৈবী মৈতৈগী অশেংবা নুপীনী। মচা য়োকপা মতমদসু য়াম্না চেকশিন্না মমা অমা ওইবগী চপ চাবা নিয়ম অমগা লোইননা শোইখিনি মাংখিনি হায়বগী মতাগুম পৃথীবীদা মমিং চৎপা অফাওবা মীথোই মীহেনবা ওইহনবগীদমক ঙসি মহাক্না চীংদা মী খংহন্দনা লোৎতুনা থল্লগা মতম চারবা কানদা মীকোক থোঙবা প্রজাগী অফবা তৌবা লমজিং লমতাক ওইবা অদুগুম্বা মীশক হয়বদি মীওই খুদিংমক্না শীংথানবা য়াবা মণিপুরগী অফাওবা নিংথৌ ওইনা শেমলকতুনা লৈবাক্কী অফবা থবক কয়ামরুম তৌহনখি। অসিগুম্বী মৈতৈ চনু অফবী সাপম চনু নুংথিল চাইবী মণিপুর হায়বদি মণিপুরগী ইটীহাসনা মুৎখিদ্রিবা ফাওবদি মহারনীগী মিংদি মুৎপা নাইরোই। মণিপুরগী ওইনা মহারনী নুংথিল চাইবী অসি নুপী অমা ওইবগী তোপ তোপা গুন কয়ামরুমনা তিল্লবী নুপীনী। মহাক্কী মপুরোইববু থাগৎ ৱাহৈ কয়ামরুমনা নুংতিগী ওইনা ঙাংজবী অদুগুম্বী নুপীনী। মপুরোইবগী

মথৌনাদি নুপীদনা হায়দুনা মীকোক থোংহনবা হৌনশনি অদুগুম্বা শক্তি অদু মহুরনী সাপম চনু নুংথিল চাইবীগী মগুনদা য়াউই। লৈবাক প্রজাগীদমকতা মতম লৈবা খিবিকতা অফবা লমদা লমজিংবা। সাপমগী অচৌবী নিংথৌগী ফমনাইবা অমনা খৎনা চৈনবা পামদবদগী তাইশন্নরগা নুংথিল চাইবীবু থোক্লকপা মতমদা মৈতৈ অমগী হ্নৈনবী লমচৎ ব্যবহার হৌনলোনচৎ, রাজনিতি হায়বদি নুপী অমা ওইবগী ট্রেনীং তৌরগা মশাদো ফিৎ ওইরবা trainning তৌরবা মাহারনীনি। নিংথৌ চরাইলোংবনা মহাক্কী মথৌনা ফবা হায়বদি মাহাক্কী মপাবু নিংথৌনা ওৎলবা মতমদা চেনথোরক্কুনা মথক্সাই পাম্মুদনা খোঞ্জেল নুংশিনা "ঐগী ইপা কনবীয়ু হায়রকপা মতমদা, মাহাক্কী মথৌনা ফবগীদমক্তা শিবা কিদনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌদা হায়জবা অদুগুম্বা মহাক্কী মগুন থৌনা পৃথীবীদা অতাংবনি। মহারানীগী মথৌনা ঙসি ফাওবদা শক শোন্নবী মরৈবাক অমদি মমালৈবাকপু অমদি মমালৈবাকপু মযেং তাখিগদবগী শারুক কনগে হায়না ব্রাখল লৈবী, মমা লৈবাক্কীদমক্তা মথক্সাই থাদোকপা ঙমগনি হায়না মৈরকতা, খুৎলাইশিংগী মমাংদা নাইতোম ওইনা চোংথোরকতুনা মমালৈবাকপু কনবা ঙমখিবা অদুগুম্বা নুপীরকতগী অথোইবী সাপম চনু অমদী মণিপুরগী অহেনবী থৌনা ফবী মীনা লাকচবা ঙমদবী মরৈবাক্কীদমক্তা কৎথোকপা নুপী অমনী চারাইরোংবনা নিংথৌনা শাবী লাওলাও চৎসি লাও কল্লকপা য়াম্মী কনজাওবা য়াম্মী মাংদা থারো লাও হায়না অদুমক ইনবী মণিপুরগী নুপীনি।

কুমুদিনী মাহারনী : শ্রীযুৎ চন্দ্রকৃতিগী মমা ইবেম্মা মহারনী কুমুদিনী দেবী মণিপুরগী ওইনা থৌনা ফাবী শীংথানবা য়াবি মহারনী অশেংবী শক্তি পাইবী অঙম্বী নুপী অথৌবীনি। নুপী অমগীগুন চপচানা লৈবী মৈতৈ নুপী অথোইবীনী। থবক পুন্নমক নিয়ম অমগী মখাদা তৌবা পাম্মী। টিকেন্দ্রজিৎকী মমা ইবেম্মবু নিয়মগী মখাদা চৎপা মীশক ওইবনা তোংঙানবা মওংদা থমবীরম্বা, মমৌ ইবেম্মাবু মরিংজেল মথৌনা হাম্পীরম্মী। থৌনা লৈবী মমা

ওইনা মচা অফাওবা পোক্লবা হায়বগী মওংদা ওইনা মরৈংজেল হাম্পীবা মরমদগী মথৌ ইবেম্মানা পৃথীবীদা ফাওরবা লাকচবা ঙমদ্রবা, মরৈবাকপু নুংশিবা মরৈবাক্কীদমক্তা মথল্লাই থাদোকপা ঙম্বা; মথৌনা ফাবা, মণিপুরগী অফাওবা বির টিকেন্দ্রজিৎ পোকখি। মহ্বরনী কুমুদিনি ঙসি পৃথীবীনা লৈরীবা মখে মহাক্কী মমিং মথা মুৎলরোই। মসিদা নৎতনা মহাক্কী তৌবা ঙম্বাগী শক্তি কয়ামরুম লৈ। নুপী অমা ওইনা শিংথানবা য়াবা মৈতৈ চনু অকনবী অমনি হায়জনিংই। কাছারদা গম্ভীরশিং সুরচন্দ্রগা মহারানী কুমুদিনী চৎমিন্নবা মতমদা তান্নানা তাম তাম খোংলকপা মতমদা কুমুদিনী মহারনীনা ইনিংথৌ ইবুংঙো খোংলিবা অসি করি কৌবগে হংজরকপা মতমদা শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহনা খুমলম্মী মসি উচেক মরক্তগী অহেনবী তান্না হায়বী উচেকতুনী হায়না গম্ভীরসিংনা মহাক্কী নুংশিরবী মহারানীগী মফমদা খুমলম্মী। মহারানী কুমুদিনীনা খুল্লম্মী। মহারাজ নুংশিখরেদাকো তান্নাগী মখোলশে, অসুক নুংশিবা মখোল অসে তাইবং অসিদা লৈরমগনী থাজদে, মহাক্কী নুংশিবা শুরদা তাম-তাম হায়না খোংবা তারগা ননাই ঐগী থম্মোয়সে হায়নিংঙাই লৈতবমখে থোৎ-নৌবা জগৎ সংসার অসিবু নুংশিবা পোকলে, নুংশিখ্রেদকো ইনিংথৌ ইবুংঙো মহারাজ অমদি ননাই ঐনা পুন্না চৎমিন্নবা খোংচৎ অসিগা তান্নাগী খোংলিবা নুংশিখ্রবা শুর অসিগা মান্নহন্নবা হায়দুনা ঈশ্বরনা নৌহৌননা পীরকপা ঈশ্বরগী খুৎশেম মালিদকো। কাছার হায়না কৌবা মনিপুরগা থংনবা লম অসিগী লম্বী অসি ওনথোক্লা নুংশিখরেদকো ফজখ্রদকো, মীওইবগী পুন্সিদা মহাক্কী নিংবা থুংজবা মহাক্কী ওইবা মী লোইন্না অদুগা চৎমিন্নবা মতমদা মফম অদু লৈবাক লৈহাও লৈগনী, মনম নুংশিগনী, য়েংখিবা মাইকৈদা পুক্লিং হুবগী শক্তম ওইদুনা ইশাদা নুঙাইবগী ইপাক্তা তাওগনী পৃথীবীদা মীওইপোক অসি নুংঙাইখরেদকো হায়না মতম পুম্বাদা ইংথনা লৈবা ঙম্মী, থোরকলিবা থাজসু অদুম মফজৈ, শিৎলিবা নুংশিৎসু অদুম মইংই, য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদা ফজবগী ফজবা ঙাক্তা ঙাইবা মরমনা ঈশ্বরবু নুংশিরকই,

তাইবংপাল অসিদা ঈশ্বর নংনা সেম্বীবনী হায়বা অসিদা মহারনী কুমুদিনীনা মহারাজদা হায়রকই। ইনিংথৌ তাম্নানা খোংলিবা অসি ইনিংথৌগা ঐগা কছারগী লম্বীদা চৎপা অসিগী নুংঙাইবদো ফোংদোকলিবনী হায়না হায়রম্মী। মীওইবগী সাওগনবা ৱাখল অমাদি অকিবা লমচৎ-শাজৎনা তাইবংপাল পুম্বা মাংতাকহন্নগদৌরবা মতমদা মহৌশা লাইরেম্বীগী ইংলবা সুমহৎনিংঙাই ওইরবা শক্তিগুম্বা মীওইবগী থম্মোয়বু জয় তৌদুনা অমতা ওইবা লিপুন্না ঐখোয় মীওইববু মীনুংশি ইচেল অমদা চেৎনা পুন্দুনা থম্মী। মহারানীগী থম্মোয়দো ইশ্বরগী ফজবা পুক্লিং ওইরবা শক্তম হায়বদি পৃকতীগী অমতা ওইখিবা মরমনা তাম্না খোংবা খোনজেনন্দো অমতা ওইনা তিন্নখিদুনা অইংবা মওংদা খোংচৎ অদু ইংনা-তপনা জগৎপু অমতা ওইবা মওংদা পুরকপা ঙম্মী অমদি অকিবা লমচৎ শাজৎনা তাইবংপাল পুম্বা ইংহনবা ঙম্মী। নেচরগী ফজবা নিংথিবা পুক্লিংহুবা খুদিং মীওইবগী পুক্লীং ওইবা নেচর হায়বদি ঈশ্বর মতম অদুদা মী অদুদা ইশ্বরগী ওইবা ফজবা নিংথীবা পুন্নমক্লা পুল্লবা, য়েংখিবা খুদিংদা ইশ্বরগী খুৎশেম ঙাক্তনা পুল্লবা কছার লম্বী, উরিবা, মখোল তারিবা মায়কৈ ভরামক্তা লৈতেংলিবা পুন্নমক ঈশ্বরগী শক্তি মক্তনি, ঈশ্বর মশামক অমদি ইশ্বরগী শক্তি পুন্নমক অমতনি খল্লগা তাইবং পুম্বা নুংঙাইবা পোকতুনা শান্তিগী লম্বীদা হিংদুনা অদুমমক লৈরী। তাইবংনা নৈনগদবদি ঈশ্বরগী মরমদা নৈনবদি অর্থ থোকলোই হায়বসে কবিশীংগী পাওতাকনী, মসিদা নৎতনা মহারানীদি নুপী অমা ওইনা মচাবু ফননবা পৃথীবীদা মওং চানা লৈনবা হায়বসে মহারানীগী ৱাখলনি। মচা চন্দ্রকৃতিবু অঙাং ওইনা খুদোংথীবা থোক্তনবা হায়দুনা কছারদা পুরকপা শোইদ-ঙামদনা মপুং-মরৈ ফারক্লবা মতমদা মনিপুরদা অমুক নিংথৌ ওইনা পালহনবা ঙমখিবী থৌনা ফবী মহারানীনী। মতম অদুদা থাজ য়েংই পুংনিং হুই, উপাল য়েংল মফজৈ খোইখোইরবা লম্বীনা কয়াদা ফজবা পিশুমগী তেনজৈ মাল্লি, হৌরিবা উপাম্বীশিং মহৌশা লাইরেম্বীগী মতারোই মাল্লি, কছারগী নাক-য়েৎতা লৈরীবা

চীং পরেং উরগা ঈশ্বরনা শেম্লম্বা ঙাকপিশেনবীন্না ঈশ্বরগী অবতার ওইনা উই, বারাক তুরেনগী তপনা ইংনা চেলিবা ইচেলনা য়েংউবা মতম্দা মহারানীগী থম্মোয়দা ইথক ইপোম হৌরকতুনা তুরেনগী ইংনা তপনা চেল্লিবা তুরেনগা তিন্নদুনা কুমুদিনীগী থম্মোয় তুরেনগী ইচেলদা তিনখ্রে, থেক্লা খোইনা চেনবা তুরেল ঈচেল চাংদন্নিংঙাই লৈতনা ফজখ্রবা মহারানী কুমুদিনী থম্মোয় পুমনৌ নৌখরে। অসুম্না মৈতৈ চনু অমা ওইবগী থৌনা থংবা ঙমদবা মাহারনী কুমুদিনীগী থৌনাদা অদুমকমরে। মহারানী কুমুদিনীগী য়াম্না inteligent ওইবা পাইরককি লৌশিং ওইবা অদুগুম্বা অমা মঙোন্দা লৈ, মহাক্লা ঙমদবা থবক হায়বদি মহারনী অমনা ঙম্বা থবকশিং অদু মহাক্লা অদুম্মক ঙম্বগী শকতি লৈ।

Fire and its burning power are same so as god and his power(mind) are same ঈশ্বরগী খুৎ শেম প্রকৃতীগী মহারানীগী mind পুকনীংগা চান্নখিদুনা নুংঙাইবদা নিংথৌদা ফোংদোকলিবনী। অৱাংবা থাক্তা লৈবা লৈবাকশিংগী মহারানীদগী ঐখোয়গী মহারানী কুমুদিনীনা তাথরোই হায়বসে খল্লুবা ঐনা লানগদ্রা? মহাক্কী মতমদা মনিপুরগী মহারনী ওইনা পাল্লম্বা অসি ঐখোয় নুপী ওইবী খুদিংমক্কী লেমজনিংঙাইগী মশকনী।

Shashimukhi-Uripok Houbam Devan Leikai - Date of Birth 1.3.1936, হায়রীবা শক্লাইরবী নুপীরকতগী অহেনবী হাওবম নিংঙোল সুসিমুখি অসি ঙসি ফাওবগী মনুংদা মহাক্কী classical গী ঈশৈ কয়াদা স্নাগী তকমান হনজন হনজন ফংখ্রবী, মনিপুর সমাজদা মফম মফম খুদিংদা মাই পাকপগী থবকতা তৌদুনা লাকপি মৈতৈ চনু অশেংবী অমনি পোক্লবদি মীংচৎ থনমদনা শিবা য়াদে হায়বসে মীওই খুদিংমক্লা খন্নরবা ৱাফমনি, অদুগুম্বগী ৱাখললোল অদু তৎতনা মহাক্লা খল্লমগনি হায়বা অসি ঐহাক্লা মহাকপু উবা মতমদুদা হায়রকপনা থংবা ঙম্মী, ঙম্বগী পাঙ্গল অদু ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পিবিখি, মীওইনা পোকলবদি সমাজগী কান্নবা সমাজগী য়াইফনবা

খনবা মীশক অমা ঙসি সুসিমুখিগী ৱাখল সমাজগী সেবদা মথৱাই লুপতুনা মনিপুরদা নৎতনা ভারতকী মফম কয়ামরুমদা চৎতুনা মানা মথুম ফংলকপি নুপীরকতগী অথোইবী হায়বদা হায়মনবা থোকলোই হায়না নিংই। মনিপুরগী মমিং লৈরবা Rupmahal দা ১৯৫৯ মহাকনা classical ঈশৈ শকলুবগীদমক্তা স্নাগী তকমান অমসু ফংলকখি। মনিপুরগী Govt. Bimola Raina না পিখিবনি। ১৯৫৯ দা অমুক হন্না classical শকলুবগী gold medal অমসু ফংখি। ১৯৫৬ তা Lucknow দা চত্তুনা participate তৌরুই। ১৯৫৯ দগী ১৯৬৪ ফাওবা youth festival Guwahati দা selection ফংলগা Mysore দা 1st position লৌরকই ১৯৬৪ দা Delhi দা Team champion লৌরকই। Hindustan Music তম্বা অসি নুপীরক্তগী মহাকনা ইহান হানবনী। মৈতৈ চনু অশেংবী অসিনা ঙসি Hindustan music তা All India গী Inter College Meet তা মহাক মশামক্তা ইবা শৈরেং ঈশৈ কয়াসু শকখি মনিপুরদসু মহাক্তা মানা মথুম কয়ামরুম ফংখি। মহাক D.M. Collge গী ঈশৈগী ওঝা অমা ওইনা লৈরকই মহাক্তা ছাত্রশিংবু য়াম্না থৱাই য়াউনা তমবিখি।

P.G.Y. Collge দা ১৯৬২ দগী ১৯৭৬ ওঝা ওইনা চংলকখি, মহাক্তা ইহান হানবা ওঝানি। মহাককী গুন্না অদুম হেল্লনী ইবনা অদুম ৱাৎলনি হায়বসে অইবীনা তশেংনা খংলবা ৱাফমনি। মনিপুরগী ওইনা অসিগুম্বা শিংথানবা য়াবা নুপী অসিনা অতোম্পা লৈবাক্কী নুপীশিংদগী নোপথরোই হায়না নিংদবা ঙমদে।

লাইপুবম বিনো, ব্রহ্মপুর লৈকাই : মহাক ১৯৭৫ দগী জগোই ঈশৈদা খোংদারকই। মহাক্তা অঙাং ওইরীঙৈদগী জগোই ঈশৈদা য়াম্না মথৱাই চংনা হায়বদি য়াম্না পামজনা হৌরকই মহাক্তা অফাবা থবক খরা সমাজগী তৌরমগে হায়বসে মহাক্কী ৱাখন্নী ইশৈ হায়বা অসি ঈশ্বরগী অংসনী হায়নরীবনি, বিনোনা ঈশ্বরবু মতম লৈবা খিবিক্তা কাওদবা, বিনোনা মনিপুর হায়বা লম

অসি লৈবাক অতোপ্পাশিংগী মমাংদা অমুক্তা মশক তাককে হায়বসে মহাক্কী ৱাখলনি। America দা মৈতৈগী ওইবা culture "Basok" হায়বা ঈশৈ অদু শকলুই। Raas হায়বা জগোই অদু পৃথীবীগী লৈবাক লৈবাক খুদিংদা চৎতুনা উৎখি। শুত্র হায়না খংনবা ঈশৈ অদুগী মরমদা মহাক্না Japan, Hongkong, Thailand, Germany, France, Italy, Canada, Scotland, Singapore হায়রিবা মফমশিং অসিদা হনজন হনজন চৎলূরবী মৈতৈ নুপী থৌনা ফবী, পাবীনিংঙাই লৈত্রবী অথৌইবী, নুপীরক্তগী অথোইবী অমনি।

লাইময়ুম সুবাদনি, খুয়াথোং : সুবদনি হায়বী নুপীমচা অসি মনিপুরগী ওইনা থাগৎনিংঙাই ওইবী নুপীরক্তগী অহেনবী অমনি। মহাক মশাসি M.A. (Double) নী অমসুং Goldmedalist অমনি, চহি ৭ অসি থংনা থংনা চহি কাংদনা Gold Medal ফংদুনা লাকপিনী School Life তসু scholarship অদুম মথং মথং ফংলকতুনা লাকপি অথোইবী শিংথানবী য়াবী নুপী অমনি। খুয়াথোং হায়না খংনবা লম অদুগী লেমজনিংঙাই ওইবী নুপী অমনি। মহাক অসি National গী থাক্তা নৎতনা অৱাংবা থাক্কী International গী থাক্তা country কয়ামরুম চৎলুদুনা মনা মথুম পুরকপী নুপী অমনি, পৃথীবীনা লৈরিবা মখৈ অঙৌবা চেবাংদা অমুবা কালিনা ইদুনা অদুম লৈরগদবনি। মহাক্কী মগুন থাদুনা লৌইবা নাইররোই মহাক্কী গুন্না অদুম হেনদুনা লৈরগনি।

লাইময়ুম রাধিকা: হায়রিবী নুপী অসি মনিপুরগী লেমজনফম ওইরীবী নুপীরক্তগী থোইদোক হেনদোক্লা থাগৎনিংঙাই ওইবী নুপী অমনি। India গী মফম কয়ামরুমদা জগোইগী লমদা লৈরুরবী মৈতৈ নুপী অশেংবীনী। মনিপুর হায়বা লমসে ভারতকী মফম খুদিংদা শক্তাকলি। মহাক অসি জগোয় ঈশৈদা পুন্সি অসে লেঞ্জরগে হায়বগী মতাগুম মতমপুম্বদা ঈশ্বরগী গুনতবু পামজবনি।

মংসাতাবম নিংঙোল পিশকমচা দেবী : হায়রিবী মৈতৈ চনু অশেংবী অসি খুরাই বজারদা পোকপি থৌনা ফবী নুপী অমনি। মহাক্না অঙাং

ওইরীঙেদ্দী হৌনা ঈশৈ নোংমাইদা পামজনা হৌরকখি মাশা মউ খিং খিং লাউবী, পুকচেল থোৎপী, মীনুংশি খংবী, হায়নবা জোবান সোইদবী, মশক মত্তৌ ফজবী মতম চুম্পদা ঈশ্বরগী য়াথং ঙাকনা চৎপী অদুগুম্বী মৈতৈ চনু অশেংবী অমনি। মাহাক্না শকপা ঈশৈদী ঈশ্বরগী গুনতবু থাদুনা শকই। মহাক্কী মতমদা মনিপুরগী চাওখৎপগী থাক য়ৌদ্রিবনিনা য়াম্না ব্বানা record লৌবসি calcutta দা চৎতুনা record লৌরম্মী। Record অমা লৌবা চৎপা মতমদা লাপখ্রবা মফমদুদা কয়াদা ব্বারমগনি খনবদা ব্বাদবা ঙমদে। অদুবু মহাক্কী তৌবা ঙম্বা, অখাং কন্নবা, ঙমগে তানবা থবকতা মাই লৈদবা, চাওখৎপা লাক্ত্রীবা মনিপুরবু অমুক্তং চাওখৎপা থাক্তা থাংগৎনিংদুনা অব্বাবা কয়া খাংদুনা লৌরুবা ঈশৈশিং অদুদি

১। মোরো প্রান্ননতো ফালে লোলি এ ত্রভংগরুপ

২। হা থাজা থানিং থৌ

৩। নোংঙাল্লমদাই ওইরে শিংগারৈ কৌবী
লৈরাংনা ঈশিংদা জগোয় শারে ইতা

মতম অদুদা মানা লৌরুবা রেকোর্টশিং অদুদি পুখমদৌনা কোইরগা, গ্রাম্মফোন হায়বা উপু উনা শাবা অদুগী মনুংদা মেছিন য়াউবা মাইক মচা অমা পাল্লগা, পিন অমনা রেকোৎ অদুদা থমলগা চাবি থারগা ঈশৈদু শক্লকই। পিশকমচা হায়বী নুপি অসি মথৌনা লৈনা হায়বদি মনিপুরগী ওইনা মহাক্লা রেকোৎতা ঈশৈ শকপসি মহাক্লা ইহান হাল্লি। ঈশৈগী competition দা বামোন লৈকাইদা 1st তাদুনা gold medal অমা ফংখি।

মহারানী ধনমনজুরী : ঐখোয়গী ওইনা চাওথোকচনিংঙাই ওইবী মহারনী ধনমনজুরী অসিগী গুনদি থাবা লোইবা নাইররোই। D.M. College হায়রীবা মীরৈবাক মচাশিংনা মতম অদুদা foreign নি হায়না খনদুনা মফম অদুদা তমজবদি সর্গগা মান্নরবনি হায়না খন্নরমলবা college অদু মাহাক্লা লিংখৎলমবনি। ঐগী ইচা নুপা ইমোচানা হায় ইমা D.M. college মুক ফবা

college লৈরমগদ্রা। Manipur হায়বা state অসিনা লৈরীবা মখৈ D.M. College মুৎলরোই, মহারানীগী গুন থীজিন্দ্রবসু মাহাক্লা তৌরমলিবা অফবা থবকশিং অদুনা মহাক্কী মাগুন খংবা ঙম্মী। মহারানী ধনমনজুরীদি মনিপুরগী ওইনা মহাক্কী ওইবা প্রাজশিংবু ফজনা য়োকখৎপি, প্রজাগী য়াইফনবা মতমপুন্নমক্তা খন্দুনা লৈবী অদুগুম্বী প্রজাগী মপি মপা ওইবী মৈতৈ নূপী অশেংবীনী।

সৌগ্রাকপম মেমী, লাংজিং মমাংলৈকাই : মহাক অসি লাইয়েকপদা মমিং চৎপী নূপী অমনি। মহাক্লা য়েকপা লাইদি মনিপুরদা শিংথানবা য়াই। মহাক অসি লাইয়েকপা অসিদা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা পামজনা লৈরকপী মৈতৈ নূপী অশেংবী অমনী। মহাকনা অয়ুক মীনা হৌদ্রিঙৈদা ঙন্না হৌগৎলগা মশা শেংদোক্লগা ঈশ্বরবু খুরুমলগা মতম খরা ধ্যান তৌদুনা লৈরবা মতুংদা মহাক্কী অপাম্বা লাইয়েকপগী থবক অদু পাইখৎপা হৌখি।

কাংঙবম ইনাওবী, পিশকমচা কৈশামপাৎ থিয়াম লৈকাই : ঐখোয় মনিপুরগী ওইনা পোদোন, খুদেং, হায়রিবা মনিপুরগী ওইনা কান্নরবা মৈ থান্নবা অমদি ফিরোন শুনবা কান্নরবা পাত্র হায়রিবা পোৎশক অনি অসি মখোয় অনিনা মখুৎনা, নুংথংনা শারগা মনিপুর প্রজা ময়ামদা কান্নবা পিরিবী মনিপুরদা য়োল্লিবা পোদোনশিংদো মখোয়গী খুৎশা হৈবদগী থোকপা পোৎথোক ঙাক্তনী হায়নবা লৈ মৈতৈ নূপিদি মমিৎতা মথিবোং পাল্লি।

লুকমাই হায়রিবা মৈতৈগী ওইনা থবক থৌরম খুদিংদা শিজিন্নরিবা, শিজিন্নদ্রবা য়াদ্রবা পোৎশক অসি নূপিনা শাবনি মৈতৈ শচানুরাশিং অসি অঙকপা ফংনা মখুৎ-মশা য়াম্না হৈগনবা মীশক অমা ওইরম্মী। মনিপুরগী লুকমাই অসি য়াম্না কান্নবা লুহোংবা, হৈজিংপোৎ পুবা মতমদা অথেনপোৎশিং হাপলগা লেম্না চৎকদবনি। লুকমাই হায়বা অসি মনিপুরগী ওইনা লৈত্ৰবা য়াদ্রবা পোৎশক অমনি। মসি থৌনা লৈবী মৈতৈ নূপীনা শাবা ঙম্মী।

মুখ্রাম্না, social worker মনিপুরগী ওইনা মনিপুর শেমগৎ শাগৎপদা থৌনা ফনা চোংথোরকপি মৈতৈ চনু অশেংবী অমনি। মাহাক অসি মনিপুর চাওখৎথৌরম কয়ামরুম তৌই। রাজনিতি মরমদা লময়ানবী নুপীনি। মুখ্রাম্না হায়রিবী অসি মনিপুরগী ওইনা হিরম খুদিংমক্তা মকোক থোংদুনা লমজিং মৈরা পাইদুনা ফনবা হোৎনদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মাইরোং য়াদুনা লৈবী মৈতৈ নুপী অশেংবীনি। National গী থাক্তা state কয়া মরুম চত্তুনা মনিপুরগী চাওখৎ থৌরম কয়া চৎতুনা মনিপুরগী চাওখৎ থৌরম কয়া চৎথদুনা হৌজিক ফাওবা লৈরিবী থৌনা ফবী মৈতৈ নুপী অমনি।

ওইনাম অপাবী : হায়রিবী অসি M.L.A. ওইনা ভোৎ কাখিবী নুপী অমনি। মনিপুরগী চাওখৎ থৌরম কয়াদা শরুক য়াদুনা লাকপি মৈতৈ নুপি অশেংবীনি। Manipur state অসিদা অপাবী হায়রিবী নুপী অসি লেমজনিংঙাই ওইবী নুপি অমনি। মনিপুরগী ঙসিগী নুপী সমাজ অসিদা চেকসন্না করম তৌরগা মনিপুর অসি অৱাংবা থাক্তা পুখৎপা অমদি চাওখৎনবা ফিভমদা পুরকপা অসি M.L.A. অসিনা ঙম্বমখৈ হোৎনরম্মী। ঙসিগী পৃথীবী অসিদা পিক্লবা লমদম মনিপুর হায়বা অসিদা মীথোই মীহেনবা লৈবাক, হায়বদি অচৌবা লৈবাক অদুগা চাংদম্নবা য়ানবা হোৎনদুনা করম তৌরগা ঐগী ইরৈবাক অসি চাওখৎকদবগে হায়দুনা হোৎনবা অপাবীনা পাম্মী।

হামীলা সৈজা : মহাক্না মনিপুরগী ওইনা M.L.A. কাখি, মহাক্না প্রজাগী ওইনা অফবা থবক কয়ামরুম তৌই। মনিপুরগী Tribal নুপীরক্তগী অথোইবী মনিপুরগী অফবা তৌনিংবী সেমগৎনিংবী M.L.A. অমানি। মহাক্না মনিপুরগী সমাজগী চাওখৎ থৌরম কয়ামরুম তৌদুনা লাকপী নুপী অমনি।হামীলা সৈজাদি মনিপুরগী থোইদোক হেনদোকনা গুন লৈবী নুপী অমনি।

অয়ুঙ : All India Radio গী program officer Ayung হায়বী নুপী অসি মনিপুরগী নুপি সমাজদা থাগৎনিংঙাই ওইবী tribal গী লূচিংবী নুপীরক্তগী অথোইবী অমনি।

ডাঃ বেদমনি : মনিপুরগী ওইনা শিংথানবা য়াবা ডাঃ অমনি। মহাক অসি পুকচেল তপপী ইংবী, শাওগনদবী, ইংনা তপনা অনাবগী সেবা তৌবী মনিপুরগী নুপিরকতগী অথোঁইবী অমনি। ডাঃ অমা ওইনা মীপুম খুদিং তরান্না কৌবী খুদিংমকপু মীনুংশি লৈবী নুপীঅরক্তগী অথোইবী অমনি। মহাকতি ঈশ্বরবু মতম চুপপদা কাওদবী নুপী অমনি মনিপুরগী ওইনা শিংথানবী য়াবী মৈতৈ চনু অশেংবীনী।

ঙাঙোম মোতিমলা নাগা মাপাল কাংজবী লৈকাই : মোতিমালা হায়বী নুপীরকতগী অথোইবী অসি মনিপুরগী ওইনা শিংথানবী য়াবী অদুগুম্বী নুপী অমনি। মহাক অসি N.C.C. গী Captain Officer নী, মহাক্না মনিপুরদা নৎতনা North Eastern Region গী ওইনা India গী Cadet শিং পুদুনা Delhi দা চৎলি, অঙাং শিংবু নিতি নিয়ম চুম্না তাকপি তিকপিদুনা class নুংতিগী ওইনা লৌদুনা, লমচৎ ফজবা, চাংনাইবা, মীওইবসি করমনা হিংবা ফজখ্রবা নিয়ম শিংদো মহাক্না তম্বীদুনা অফবা অঙাং ওইহনখি। Office কীসু থৌবুরেন ওইনা পুদুনা পুন্নমক অঙাংশিংদা য়েংসনবগী থবক তৌরম্মী। নুপীরক্তগী অথোঁইবী মৈতৈ নুপী Motimala মীং পনবদা ঐখোয় মনিপুরগী লেমজনিংঙাইনী,মাহাক্কী তাবা ঙম্বগী শক্তি অদুনা ঙসি মহাক্না Award কয়ামরুম ফংলকই। All India গী ওইনা “Director General N.C.C. হায়বা All India গী ওইনা president award অসি ১৯৯৩ দা ফংখি। All India গী ওইনা award অসি মহাকনা ইহান হান্না ফংখিবী নুপীনী। India গী ওইনা award অসি অহানবনি। মহাক্কী হৈথোই শিংথোইবা N.C.C. হায়বা অসিদা মীওইবগী মিৎ য়াম্না শিংদবা য়াদে। হায়নবলে,

police তি মমিৎ ১০ পাল্লি। অদুগুম্বা গ্যান লৌশিং চংখোনবী ইংনা তপনা ৱা ঙাংবী, অচুম্বা পাম্বী মজাতিবু নুংশিবা ঙম্বী তাশেংনা হায়রবদি মতম পুম্বদা অফবগী মীংদা মাই ওনশনবী অদুগুম্বী নুপী অমনি। নুপী হায়বা ভাৎ অসি লৈখা তাখিদনবা হোৎনবী মৈতৈ নুপী অশেংবীনী। Minister of Defence Government of India হায়বা award অমসু মহাক্না ফংখি। ১৯৯২ দগী ১৯৯৫ অসিগী মনুংদা চহি কাংদনা award ফংখ্রবী নুপীনী। মনিপুরগী ওইনা য়াম্না চাওথোকনিংঙাই ওইবী মৈতৈ চনু অমনি। ১৯৯৩ দা হিন্দিদা National Integration of Song গী ঈশৈ অমা লেংলম্মী, Ministry of dance, Government of India ন লৌশিনখরে, মদুগী award সু ফংখরে। ১৯৯৩ ঈশৈ অমা লেংলম্মী romance কী মতাংদা হিন্দিদা ইবা লৈচিন্দা থারগা ইবা, লৈচিন্দা নুংশি পাওজেল ওইনা ইবা মদুদা 1st তাখি। মহাক্না মীয়াম পুম্বগী মকোক ওইবগীসু award ফংখি। মহাক্কী ঈশৈদো হেমারণী কৌবী অমনা নুপী অমনা শকলম্মী।

মাহাকনা চহি চহিগী ওইনা শেমগৎ শাগৎপগী থবক তৌরম্মী। সমাজগী ওইনা ফগৎনবা অঙাংশিংদা training পীরম্মী, মৈতৈ নুপীগী ওইনা চংগদবা লমচৎ শাজৎ মৈতৈ নুপীগী ওইনা নিতি নিয়ম করম্না নুপী অমা ওইরবদি সমাজদা করম্না সাজৎ চৎকনী করম তৌরগা সমাজ চাওখৎকনী, নুপী য়াউদ্রবদি সমাজ অমা ওইবা য়াদে, নুপীতনা চাওখৎ খোংথাংদা মরুওই। ইমুং অমা ফহনগে মাংহনগে লৈখা তাহনগে পুন্নমক নুপিদগী লোইনা ওইবা য়াই, নুপী শিংদবা য়াদে, নুপী পুম্বা গ্যান তাগদবনি হায়বনচিংবা খন্না নৈনবা পুন্নমক নোংমাইজিং খুদিংগী class লৌই। মতম অদুদা cadet শিং অদু মহাক্না মশানা য়ুমথোং চৎলগা খোম্মুবসু অদুম ময়াউই। মুতিমলাগী লিচিং মখাদা Delhi দা পুবা cadet শিং অদুগী মনুংদা ৫০ রোম চহি খুদিংগী পুদুনা চৎলি। cadet শিং অদুগী হায়বদি মহাক্কী লিচিং মখাদা লৈবা অঙাংশিং মাগী নুংশিজবা ছাত্রশিং C.R.P. ওইখিদুনা ভারতকী ঙাকশেন্নবা, মরৈবাক

ঙাক্লনবা ওইনা চংবা য়াউখরে। Motimala গী তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈবী অমনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই হায়না নিংজে। মহাক অসি ঈশ্বরবু য়াম্না থাজবা অচুম্বা পাম্বা ঈশ্বরবু মতম লৈবা খিবিক্তা খুরুমজদুনা লাইবক ফবী মৈতৈ চনু অশেংবী অমনি। মহাক্না তাকপি তিকপিদুনা অঙাং N.C.C. অমা Guwahati দগী অমসু pilot ওইদুনা plane থৌখরে। মোতিমলাগী ফজবা নিতি নিয়ম থাবগী লোইবা নাইররোই।

ঙাংবম নিংঙোল সুন্দরী দেবী, শগোলবন্দ, ১৯৪২ দা পোকখি। ১৯৯৫ দা মনিপুর Dance college গী student অমা ওইখি। Rupmohol গী Artiste অমা ওইনা য়াউরকই। Tipusultan, Jaydene, Birtikendrajit, All India Dance Festival দমক্তা ১৯৫৭ দা Delhi দা Talkotora Stadium দা Misbottle হাইবা অদু য়াউরুই মনা মথুম ফংলকই। ১৯৫৭ দা Guwahati Radio Station দা ঈশৈ ১। করিবু হায়সিগে ২। পাওখুমলোইনে তাই। হায়বা ঈশৈ ময়েক অনি অসি শকলুই। ১৯৫৯ দা Miss Manipur খনখি। ১৯৫৩, ১৯৫৪ দা Hockey শান্নবদা মথৱাই য়াম্না য়াওরম্মী । ১৯৭৯ Khuthong Lamja মামা শাই। ১৯৮৮ দা Bangalore দা veteran গী participate তৌরুবদা Taiwan গী selection তৌরকই। মহাক্কী item শিংদি Jablin, Shotput, 100 mt. run. Jablin দা Taiwan গী selection ফংখিবনী। ১৯৯২ দগী Sagolband Moirang Leirak Khawang Nupi Rup Choukhat thourang গী secretary ওইনা পুবী নুপীরক্তগী অথোইবী অমনী। শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা founder ওইখিবা beauty contest তা মহাক্না Miss Manipur তাখি। মনিপুর সমাজদা ঙসি সুন্দরিনা অফবা থবক কয়ামরুম তৌদুনা চাওখৎ থৌরম চাং নাইনা মতম লৈবা খিবিক্তা তৌদুনা লৈবী মৈতৈ চনু অশেংবীনি।

ক্ষেত্রিময়ুম রাসি দেবী, থাংমৈবন্দ : হায়রিবী নুপী অসি Film সংসার অসিদা মনিপুরগী ওইনা মহাক্কী ফজবা শকতম পুথোকতুনা মীওইবা সমাজদা কান্নবা অমদি য়েংনিংবা পোকহন্দুনা পুন্সিরোন্দা মতম খরা পুন্সিনবা হায়বদি সেনেমা য়েংবা মতমদা মীওইবগী পুকনীংদা নুংঙাইবা পিদুনা নুংঙাইবা পোকহনবা ঙম্মী অদুগুম্বা মৈতৈ সমাজগী চাওখৎ থৌরমদা অদুগুম্বা থৌনা ফবী মৈতৈ নুপীনি। মহাকী ইমুংগী থবক ইনখাং হোৎনরীঙৈদা মহাক্কী অকে-অমৌ তৌবা নংহৌদে হায়দুনা হায়রম্মী। মহাক্না য়াউবা ১। মতমগী মনিপুর ২। লমজাপসুরাম ৩। ওলাংথাগী ৪। সাফবী ৫। ইমাগী নিংথেম ৬। পাওখুম অমা ৭। থম্বাল ৮। খুঙ্গং অদুদা অসিগুম্বা মনিপুরগী নুপীনা সমাজগি কান্নবা কয়ামরুম তৌখিবী মৈতৈ চনু অশেংবীনি। চাওখৎ খোংথাংদা নুপিগী সমাজনা ঙসি পৃথীবী থুংনা অফবা থৌওং কয়ামরুম পিদুনা মীওইবা খুদিং নুংঙাইবা পোৎথাবা পিরি।

কোইজম পুইনবতি দেবী : মনিপুরগী নুপীরক্তগী অথোইবী অমনি, মৈতৈ, পুন্নমক্কী নুপীরক্তগী অথোইবী অমনি মহাক্না অহানবা মনিপুরগী ওইনা কুঠি য়েংবা, হায়বা অসি মীওইবগী পুন্সিগী ওইনা লাইবক য়েংবা অদুগুম্বা নুপিরক্তগী অথোইবী অমনি। মনামশিংনা লায়েংবা লাইরিক অমসু ফোংখি। Drug Addict ওইবা অঙাংশিং থরসু মহাক্না লায়েংদুনা ফহল্লম্মী। All India Women conference কীসু মহাক্না মদুগী member ওইখি। লুখ্রাবীশিংগী মতেং পাংবদসু মহাক্না শরুক য়ারম্মী। মনিপুরগী মরমদা মহাক্না লইরিক কয়ামরুম ফোংখি। মনিপুরগী চরাইরোংবা; নুংথিলচাইবীগী মরমদা script কয়ামরুম ইখি। মনিপুর সমজদা অসিগুম্বী নুপী অসি লৈবা মরমদগী মনিপুর অসি চাওখৎলিবনি। মহাক্না মপুরোইবগা লোইননা মীপুম খুদিংদা লায়েংবা চৎলি। অসিগুম্বী ঐখোয়গী ফিদম্নফম ওইবী নুপিরক্তগী অথোইবী কোইজম পুইনবতি অসি মনিপুরগী ওইনা শিংথানবা য়ারবি মৈতৈ চনু অশেংবীনী। অইবনা ব্রাৎলগনি মহাক্কী গুন্না অদুম হেন্দুনা লৈরগনী।

ইরেংবম চনু প্রতিমা, খাগেমপলি হুইদ্রোম লৈকাই : হায়রিবী অসি ১৯৮৮ তা Orissa দা East Jewel Festival, ১৯৮৯ দা National Youth Festival of India of mine Bihar (Dhambad) দা best award ফংখি। মহাক অসি ইকাইখুম্নবদা মতিক চারবী মৈতৈ চনু অশেংবি অমনি। মহাক্না মনিপুরগী জগোয়গী লমদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরবী থাগৎনিংঙাই ওইরবী নুপীরক্তগী অহেনবী অমনী।

নুংশিতোম্বী, য়ুম্নাম লৈকাই : মনিপুরগী ওইনা জাগোয়গী লমদা মমিং ফজনা লৈবী মনিপুরগী ওইনা থাগৎনিংঙাই ওইবী মৈতৈ চনু অশেংবীনী, All India Radio দা মতম পুম্বদা শৈশকপী অমনি। ঐখোয়গী মনিপুরগী ওইনা শৈহেক শৈদা অয়ৌবা থাক্তা লৈবী নুপী অমনি। Drama নচিংবা Art শিংদা খোংদাদুনা অয়ৌবী থাক্তা লৈবী হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবী নুপীরকতগী অহেনবী অমনি।

মায়াংলম্বাম ওংবী মনিদেবী, শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক : মনি দেবী হায়রিবী মৈতৈ নুপি অসি মপুকচেল তম্পী, ইংবী নুপী অমা ওইনা লেমজনিংঙাই ওইবী মৈতৈ নুপী অশেংবীনী মহাক অসি শান্নবগী লমদা ইহান হন্না খোংদাবী, শান্নববু অসুক্কী মতিক পামজবী অমনি। মনিপুরগী olympic তা Gold Medal ফংখি। ১৯৯৫ কী July ১৯ দা Councilor গী ward no. 7 দা Janata গী মীরেপ ওইনা vote লেপখি। অফবা থবকতা নিংহন্নবা লৈতবী নুপীনি।

মুতুম নিংঙোল মতৌলৈবী, মৈনোলৈরক : মাতৌলৈবী অসি মনিপুরগী olympic তা 1st prize (gold medal) ফংখি। ঈশৈ নোংমাইগী মরমদসু রধা কৃষ্ণগী নুংশিরবা ঈশৈ কয়া শকপা শোনবা অসিনা মহাক্কী মথৌ অমা ওইনা লৈবী মৈতৈ চনু অশেংবী অমনি। শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা founder ওইবা মনিপুরগী ওইনা Beauty Contest হায়বা অদুদা মহাক মতৌলৈবীনা Miss Manipur তাখি। মানা মথুম ফংখি।

রাজকুমারি ইবেমনুংশি, উরিপোক সোরবোন থিংঙেল : মহাক অসি art and culture দা য়াম্না হৈথোই শিংথোইবী, য়েংবদা পুক্লিং হুবী অদুগুম্বী নুপী অমনি। মহাকনা ঙাংবা শকপদা হায়নীংঙাই লৈতনা শুমহৎনিংঙাইগী মশকনী। ১৯৬২ দা মমা অতোনবী, ১৯৮৩ দা মাহারানী, ১৯৮৪ দা মহারনী থাংগরাকপী, ১৯৮৫ দা অতোনবী (মমা), খুলকপী শাবদা best actress তাদুনা মনা মথুম ফংখি। Alahabad তা চৎতুনা মনিপুরগী ওইনা মাইবী জগোয়গী মতাংদ শথেক খরা উৎলুবদা মনা মথুম ফংলকই। দ্রমাগী মতাংদা পাওমী হায়বা পার্ট অদু কুমলুবদা মনা মথুম ফংলকপি নুপীনি। All India Radio দসু নৎ-সংকৃতন শকখিবী অমনি। veteran sport culture organisation না শিনদুনা শানরোই অমা ওইনা All India Radio দা নৎ শংকৃতন শকখি। শান্নরোই অমা ওইনা India গী মফম কয়ামরুম চৎতুনা gold medal লৌরকপী অমনি।

এস. সরোজু দেবী M.A : ইংশোক ১৯৩৪ গী নবেম্বর থাদা তাং ২৮ দা নাগমপাল R.M.C. Road Corner দা পোকই। সমাজ শেমগৎ শাগৎপদা ১। All India Rural upliftment Association ২। All India Women conference, Manipur Branch, State Prohibited council, Sarnodarya Mandal, Geeta Mandal গী Social organiser গী member ওইরম্মী। office Bearship of Social organisation working president ওইরবশিং Mahila Kalyan samiti, Narisena Manda গী Chairman, State commissioner B.S of Member, Manipur state legal Aid and Advice Board member of programme and Advisory committee. All India Radio গী Chairman, Manipur women's weaving co-op society, Imphal গী chairman ওইরম্মী। শকনাইরবী নুপী অসি মনিপুরগী নুপী খুদিংমকনা তমজনিংঙাই ওইরবী নুপী অমা ওইবদা শুন পুন্নমক্লা লৈতেংলবী অদুগুম্বী মৈতৈ নুপী থোইদোক হেন্দোকপী অমনি মহাক্কী শুন থাবদা লোইবা নাইররোই

নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চৎপা মীশক অমনি মহাক্না পুংকক চাউরকপা মতমদা মশাগী ওইজবা থাদোকপা মীওইববু সেবা তৌবা অসি য়াম্না পামজরম্মী। মীওইববু সেবা তৌবা অমদি মীওইববু নুংশিবা অসি মহাক্কী অশেংবা ৱাখল্লোননি। মহাক্না কনাগুম্বা অমবু তাথি তাওইনা তৌবা কনা অমনসু উবা ফংদে। মহাক্কী অচৌবা লমজিংবা অমা ওইনবগীদমক্তা ঈশ্বরনা থারকপদৌনা তৌই। মীওইদি পীকতক তৌরগা য়াম্না শরিৎ শারা হায়বদি শৎশা থবক খুদিংমক ইথুং থুংবা মীওই অমা ওইরম্মী। মথৌনা লৈনা পোক্লকপনি।

মহাক মিসন স্কুলদা লাইব্রিক তন্নম্মী। মতম অদুদা মহাক ওঝানা য়াম্না চান্না তৌবীরম্মী। ডিঃ এমঃ কলেজদা তম্না তম্না পাল মণিপুর য়াওরক্লম্মী। ইরৈবাক নুংশিবগীদমক্তা ৱাখল খনবা হৌরক্লম্মী। নীরমলাবাসতা ওঝা ওইরম্মী। মতম শাংনা ওঝা ওইরকপদা ওঝা ওইবগী চৎনবী নিয়ম নিতি কায়দনা চৎথবনা ছাত্র খুদিংমক্লসু মারিয়াবু য়াম্না মপুং ফাবা ওঝা গুরুনি হায়না খল্লি। ওঝা গুরু অমা ওইবগী চৈ থাংবা লৈতনা হেক ছাত্রনা খঙবা ঙম্নবা হোৎরম্মী হায়বদি তাকপীরম্মী। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মরৈবাক মজাতি পোক্লফম লমদমবু নুংশিবসি মহাক্কী পীথোরক্লবা মহাক্কী শিংলিদা চংগ্রবনি। মহাক্কী হকচাংগী ঈচেল অসি মীওইবগী য়াইফনবদা খন্দুনা লৈবা ঈচেলনি। মশাগী ওইজবা থাদোকপা অসিনা মীঙোন্দা অফবা পীবা মহাক্কীনা মাঙজবসু থোক্তবা নত্তে। মরৈবাক্কীদমক শোক ১৯৭৯ দা জেলদা চংখি মরৈবাক্কীদমক্তা মথৱাই থাবা কীরমদে। মরৈবাক্কীদমক্তা নীংতম্বা অমদি নিংতম্না মরৈবাক থম্বা অমা ওইনবা অৱাবা কোঙ্গাই মায়োক্লরম্মী। মণিপুরগী চীংতম অনিমক্তা থোং মান্ননা নিংখা তম্না লৈনবগীদমক্তা ভারত গোভরমেন্টকী মায়েক্তা অকনবা খোঙজং চংশিন্দুনা মায়োক্লবা হৌখি। পৃথিবী ফাওগ্রিবা নেপোলিয়ানগী ৱাখল থৌদোক অদুগা চাংচত্তা মান্নে। মঙোন্দা তমজনিংঙাই ওইবা ফিদমনফম ওইবা কয়ামরুম মশিং থীঙমদনা লৈবা উই। মহাক্কী তোপ-তোপ্পা ৱাখললোন লৈ।

মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবতা নত্তনা মহাক্কা য়ুমলোন্নবা নোর্থ ইষ্টর্নগী ষ্টেট ৭ কী নোংমদি থাক ব্রাংখৎলক্কনি খন্না থবক তৌবা হৌখি। ষ্টেট ৭ অসিগী মফম খুদিং চত্তুনা ব্রারী ব্রাতাই শান্নদুনা নিয়ম অমগী মখাদা থবক তৌমিন্নবা হৌখি। নোর্থ ইষ্টর্নগী ষ্টেট ৭ কী মকোক ওইবা থবক থৌরমদা মীওইশিং অদুগা মহাক্লা য়াম্না নুংশি চান্ননা মারিয়ানা তিন্নবা মখোয় মখোয়গী ষ্টেটশিং অদুগী চাওখৎ থৌরম তৌবা অসি মহাক্লা লুচিংবী ওইরম্মী। মীয়ামগীদমক্তা হিংদুনা লৈবা পাল্লম্মী। মীয়াম পুম্বা অসি মহাক্লা ঈশ্বরনি হায়না খল্লম্মী। মহাক্কী হায়ববু মীয়ামদা তাকপী তাকপীবা মতমদা খোলদি খিতং কনখৎপা অসি মারিয়াগী ব্রাখলনি। অদুসু কান্নবা লৈ হায়না নিংই মরমদি ময়ামগী মায়োক্তা অসোইবা য়াউবদা মশা মশানা মতোম মতোমদা চুমথোকচনবা ব্রাখল পুথোকপা ঙম্মী। মশাদা কান্নবা নত্তে মীয়ামদা কান্নবনি। মীয়ামগীদমক্তা হিংবা মশাগী য়েংদবা লাল্লে ঐ শোইখরে হায়বা ব্রাহৈ অমত্তা নোংমতা তাবা ফংদে। মরমদি মহাক সোইদনবা হোৎনবা মীশক অমনি। মহাক্কী ব্রাখল অব্রাংবা থাক্কী ব্রাখলনি। লাই ওইথ্রবা অখঙ অহৈশিং অদুশিংগী নিয়ম নিতি অদু মঙোন্দা চিংথবা লৈতনা নোংমগী চৎপা মীশকনি। মীওইবা অসি নোংমগী হৈনবীনা মহাক্কী ব্রাইওদাতা শেমখ্রবনী।

নোংমগী হৈনবীনা মীওইববু মাঙহল্লি মীওইববু য়োকখৎলি হায়বসিগী নিতি অফবা অদু মারিয়ানা নোংহানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা অচুম্বা চৎতুনা পোত্থাবা লৈতনা লৈবী নুপী অমনি। মহাকুম্বী নুপীদি থিবদা খরা ব্রাগনি। চহি ৭/৮ শুরকপা মতম অদুব্রাইদগী হৌনা নোংমগী হৈনবী হায়বা থবক অদু অফবা থবক ওইনা হৈনরম্মী। নোংমগী ওইনা অয়ুক পুং ৩ তাবা মতমদা হৌগত্তুনা লাইরিক লাইশু পাই। ইমুংগী থবক থানা খুদিংমক মহাক্লা অখাকপা লৈতনা তৌথোকপা অসি মহাক্কী পোকপদগী য়াওরক্লবা শিনফমনি। লাইরিকসু কুইনা পারমদে অমুক্তং পাবদা হেক্তা ফাবা ঙম্লম্মী। নোংহানবদা য়োৎপাক তৌবা ইনশাং থাবা অসি মারিয়াগী নোংমগী দিউটিনি। মহাক্লা মশানা নোমজবা মশানা শুজবা অসি পাম্মা লাকপনিনা সেল্ফ ইমপ্লোইমেন্ট হায়বসি মারিয়গী পোকপদগী

য়াওরকপা থবক্কি। ইশানা ইশাগী থবক শুজবা অসি হৌজিকসু অদুম তৌই। ইশা ইশাগী ওইবা থবক শুজবা ঙম্নবগীদমক্তা করম্বা উপাই তৌগনি হায়বনচিংবা শীনবী লাংবীদুনা মপাল লমদগী শেম্ছং লৌবীদুনা অঙাংশিংবু থবক শুবা তম্বীরম্মী। অঙাংশিংবু মপাল লমদা ট্রেনিং থাবিদুনা শেম্বীবগী থবক তৌবীরম্মী। সেল্ফ ইমপ্লোইমেন্ট ইশা ....

রুপোবতি খুরাই সোইবম লৈকাই মেরি লৈরকতা লৈবী মৈতৈ নুপী অসি মথৌনা লৈবী নুপী অমা ওইবদা চপ চানা গুণ কয়ামরুমনা লৈতেংলবী অদুগুম্বী নুপী অমনি। মৈতৈগী ওইনা অরুবা তানফমদা চংশিন চংশিন্দুনা শরুক য়ারুবী নুপী অথোইবী অমনি। রুপোবতি শোক ১৯ শান্নরোই অমা ওইনা শরুক য়ারুবদা ফংলকপা মনামথুম —

1. 1995 Long jump কেরেলাদা অনিশুবা মনা লৌরকই।
2. 1995 400 m race তা Silver Medal লৌরকই।
3. Relay দা স্নাগী মেদল লৌরকই।
4. 1998 Thane — 400 m Race স্নাগী মেদল ফংলকই।
5. Triple jump তা Silver Medal ফংলকই।
6. 200 m race তা অহুমশুবা মনা ফংলকই।

মণিপুরগী নুপীগী Football Association গীসু Treasurer ওই। 1955 to 1976 ফাওবা

7. ইসকোনগী Active member ওইরম্মী।
8. সোইবম লৈকাই অৱাং লৈরক্কী Secretary.
9. নুপী লাল মেমোরিএলগী President

অসিদগী হেনবা থৌদোক কয়াদা অফবা অহেনবা থবক কয়া তৌদুনা লাক্লবী নুপী অমনি। মহাক্কুম্বা অমা ঐখোয় লৈবাক্তা পোকচবদি ঐখোয় খ্বাই পুম্নমক্কী লাইবক ফবনি হায়জনিংই। ঐখোয়না তানবা ফংবা খরা ৱাগদবা অৱাংবা

থাক্কী ৱাখললোন কয়ামরুম পুখোক্তুনা মণিপুরবু শক তাকপা ঙন্বী মৈতৈ চনু অশেংবী অমনি হায়বদা লাল্লোয়দ্রা হায়না নিংজৈ।

থিয়াম নিংঙোল চাওবী দেবী মণিপুরগী ওইনা চাওবী দেবী হায়রিবী নুপীরক্তগী অথোইবী অসি মহাক্কী মগুণদি ঙসি মণিপুর অমগী ওইনা লৈবাক খুদিংমক্তা শক্লা সোন্নদুনা নুমিৎ থানা থোক্লিবমখৈ লৈহৌরগনি। মণিপুরগী অৱাবা মীপাইনবা মী অমানা মী অমবু করিসু লৈতনা খন্নরক্লবা মতমদা, ইচং থৌরবী ময়াম্না ইমা চাওবী হায়না মীংকৌনরীবা মহাক অদুনা মণিপুর হায়না মীংকৌরবী মমা লৈবাকপু য়োকখৎনবা, য়েক্লবগী মখুত্তা তাখিদনবগীদমক্তা অৱাবা কোংগাই খাংদুনা চারা নাম্মতা চাদুনা মমা লৈবাকপু কন্ননবা হোৎনজবদা অকি তুজুংবা লৈতবমখৈ চোংথোকচরকপী ইমানি। মহাক্কী পুন্সিগী ৱারিদি ইবদা থাবদা লোইবা নাইররোই মহাক্কী গুন্না মহেল্লগনি। ইমা চাওবীনা মণিপুরদা নিশাবন্দগী ইহৌ লাকপা মতমদা অচৌবা থৌদাং লৌবগা লোয়ননা হৌখিবা নুমিৎ কয়ানিগী মমাংদা মণিপুরগী চাওখৎ থৌরমগী মতাংদা অচৌবা থৌদাং কয়ামরুম য়াখিবী ইমানি। ইমা চাওবীনা মহাক্কী মরমদা হাওবম মরক কৈসাম লৈকায়দতা নত্তনা মণিপুরগী ওইনা চীং-তম নুংশি চান্ননা লৈমিন্ননবা অকনবা থবক কয়া লৌখত্তুনা অচৌবা মফম মফমদা চত্তুনা ৱা ফজনা ঙাংদুনা মীপুম খুদিংমকপু জ্ঞান তাহনখিবী ইমা চাওবীনি। মীয়ামগী লমজিং মৈরানি।

মণিপুরগী ঙমখৈ কন্নবা অমদি অপুনবগী শক্তম ঙাক্লবা ইহৌদা নুপীরক্তগী অথোইবী অমা ওইনা অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবী অমনি। ইমা চাওবীনা ইমা মণিপুরদা পোক্লম্বা অসিদী অসুক্কী মতিক ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। মহাক্লা নিকো হায়না খংনবা নেসনেস আইডেন্টিটি প্রোটেক্সন কম্মিটিগী Chairman অমা ওইনা অচৌ অচৌবা থবক কয়া পাংথোক্লম্মী। অচৌ অচৌবা থৌদোক কয়া মাইয়োক্লরক্লবী নুপীরক্তগী অথোইবী ইমানি। ঐখোয়গী ইরৈবাক মণিপুর হায়রিবা লৈবাক অসিদা পোকপদা মতিক চারবী মৈতৈ নুপী অশেংবীনি।

মহাক্কী মতম লৈবা খিবিক্তা মোমোন্তা নোক্তুনা লৈ। মহাক্কা নোংমতা মীয়ামদা অশাওবা উৎতে। অসুম ঐখোয়না য়েংজবা মতমদা মীয়ামগীদমক্তা হিংবদা মতিক চাবী অমা ওইনা উজবা ফংই। মী খোল্লি, ইমা চাওবীগী মনাক্তা নুংতিগী ওইনা মীনা চিক্লা চাইনবা হমদে। মহাক্কী ব্রাহে বাতা তাজনিংবী মৈতৈ নুপী শক্তী লৈবীশিংনা ইমা চাওবীগী মতুং ইন্দুনা মতম চুপ্পদা লৈরম্মী। ইমা চাওবীনা ঐখোয়গী ইরৈবাক স্না লৈবাক হায়না খংনরীবা মৈতৈ লৈবাক অসিদা পোল্লম্বা অসি ঐখোয় খুদিংমক্কী লাইবক ফবনি।

তোঙান তোঙানবা মীওই কয়ানা তোহান তোঙানবা হিরম কয়াদা নিংথিনা খংলবী অহল ওইরবী অমনা মহাক্কী লৌসিংবু মীয়ামদা অমদি অনৌ অনৌবা মরু ওইবা কোন্নবা মচাক কয়ামরুম তুংগী মীরোন্দা কখোকপগা লোইননা তাকপিরমদুনা খুনাই অসিগী পুক্সি মারেল ফগৎহন্ননবা হোৎরম্বী নুপীরক্তগী অহেনবী ইমা চাওবীনি। মহাক্কী মীয়ামদা কখোকলম্বা তৌরম্বা থবকশিংদু শিংথাবদা লোইবা নাইররোই। অয়ুক্কী কোরৌ মঙালনা নোংমগী লাক্কদবা শকলোন উৎলি হায়বগুম্না ইমা চাওবীনা অঙাং ওইরিঙৈদসু অচুম্বা, অফবা, মীয়োক মীয়ান হৈবা পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা কোনশিনবগী মীকৌরম তৌই হায়বানচিংবা তাজবা ফংজে। মণিপুরগী ওইনা ইমা চাওবীনা লমজিং লমতাকপীবা খিবিক্তু শিংথানবা লোইবা নাইররোই। ইমা চাওবীগী থৌদৌ ব্রাখল্লোনশিংবু নৌনা হৌগৎলক্লিবী মৈতৈ চনুরাশিংনা তমজনফম ওইরে।

শিজগুরুময়ুম বামি দেবী মোইরাংখোম মখা লোক্লাওবুং হায়রিবী অথোইবী নুপী অসি শোক ১৯৫৫ দা পোকপীনি। বামি হায়রিবী নুপিরক্তগী অথোইবী অসি মৈতৈ চনু অমনি হায়বদা ইকাই খুম্ননিংঙাই ওইরবী মীশক অমনি। মহাক মৈতৈ চনু হায়বা ওইবগী লিংজেল থৌনা চাংদমনিংঙাই লৈতবী অমনি। মহাক্লা তৌবা থবক পুম্নমক মাই পাকপা ঙাক্তা ওইনা তৌই। তৌগে হায়না নিংবা থবক নিংহন্নবা লৈতনা তৌবা হায়বসে মীপুম খুদিংমক্লা খঙনরবা অমনি। মহাক্কী

থৌনা লিংজেলদি (১) ১৯৭২-৭৩ গৌহাটি ইউনিভারসিটি ইন্তর কোলেজ য়ুঠ ফেষ্টিবেল 1st Prize ফংলকই। (২) জনুৱারিগী তাং ২৬/১৯৭১ দা N.C.C. অমগী মেম্বর অমা ওইনা Republic Day দা Participate তৌই। (৩) ১৯৭২ দা 800 metres walking race তা 1st তারক্লুনা স্নাগী মেদল অমা ফংলকই। ইম্ফালগী পোলোগ্রাউণ্ডদা (৪) এপ্রিলগী ১৯৯২, 5 Km Working race তা Madras দা স্নাগী মেদল ফংলকই। (৫) ১৯৯৪ কেরলাদা তাং ১২ দগী ১৫ ফাওবা শান্নরুবদা সিলভর মেদল অমা ফংলকই। (৬) Metres 1500 চেনবদা 2nd, 5 Km walking race তা অহুমশুবা পোজিসন লৌরকই Kurukshetra 1995 দা। (৭) Karnataka দা এপ্রিলগী তাং ২ দগী তাং ১৪ ফাওবা শান্নরুবদা সিলভর মেদল অমা ফংলকই। (৮) International গী থাক্তা শিংগাপুরদা তাং ১১ দগী তাং ১৪ জুন ১৯৯২ দা VII Asian veteran Athletic Championship 5 Km working race তা মরিশুবা পোজিসন তারকই। (৯) Indonesia গী Jakarta দা শোক ১৯৯৪ দা VII Asian Veteran Athletic Championship তা Working race তা Bronze Medal অমা ফংলকই।

মথৌনা লৈবী নুপীরক্তগী অথোইবী পৃথিবীগী মফম কয়াদা শরুক য়ারুরবি, থৌনা লৈনা ৱাং চাওরবা লৈবাক্তা ঐখোয় মণিপুর অমা লৈ হায়বা শকতাকলুরবী মৈতৈ মচা অমনি। মহাক্কী মথৌনাবু থাগৎতবা ঙমদে। থৌনা লৈবী অসিনা মসিদগী অহেনবা মণিপুগী ওইনা অফবা থবক কয়ামরুম মফম মতম চানা তৌদুনা মণিপুরবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপিরি।

তম্ফাগুম্না লংলবী তম্ফাস্না মণিপুরগী ঙমখৈ ঙাকপদা থৱাইনা পোল্থা ওইখ্রবী। সোন্নবী শক্লরী মাইকৈ তরাদা ঙসি। মমা লৈবাকপু নুংশিজবা অমদি মীরম্না লৌখিগদৌরে হায়বা তাবদগী মথম্মোয়দা ইথিল অমা ফাওরক্লুনা মীৎলুদা

পিরাং ঈহৌদুনা খাংফম খংদবা মখৈ, ঐগী পোক্লফম লমদম নুংশিবী ইমাবু কলহৌদবা য়াদে হায়দুনা থৌনা ফনা চোংথোকচরুবা, মমা লৈবাকপু কনগে লাওজরুবা খংহৌদনা মীয়ানচানা শিবগী চৈরাক পিখিবা। অঙাংবা ঈখেংতনা মমাগী মতম্বাক্তা চোয়জায়ননা তাখিব্র, তম্ফাগী ঈখেং মালেম ইমাগী তম্পাক্তা চাইবা ঈমানা কোনসনজখি মথানুংদা তম্ফাগুম্না লংলবী তম্ফাম্নাবু লৈহৌরগনি ঙসি মালেমনা মুৎত্রিফাওবা তম্ফাগী মিংচৎ।

এন.এস.সি.এন (মুইভা) গা মতমদা মণিপুরগী ঙমখৈ কাইরক্কদৌবা মওং উরকপা মতমদা খংহৌদনা মনিপুরগী নুপী লুপ্না অকনবা খোংজং চংশিনবা অকনবা খোল্লাওনা "মণিপুরগী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই" হায়বা খোঙ্হোক্লা মালেম থক থক নিকহনখিবা পৃথিবী শিনবা থুংনা মণিপুরগী নুপীগী থৌনাবু থাগৎনখিবা। সোনিয়া গান্ধি মক্লসু মণিপুরদি অচুম্বগীদমক্তদি শিবা কিদবা মীশক ঙাক্তনি হায়বসি পাওচে কয়াদা হায়বিরকখ্রে। মতাং অসিদা মথৌনা লৈবী মণিপুরদা মমিং চাওনা কন্দুনা লৈরীবীশিং ইমা খমুনলৈমা, শ্যাম্মনচিংবা কয়ামরুম দিল্লিদা চৎলগা সিজ ফ্যার উইটদ্রো তৌনবগীদমক্তা অকনবা খোঙজং চংশিনখিবা, মসিনা লোইবা ঙম্বা নাইররোইদবা মণিপুর নুপীগী শিবা কিদবা থৌনা লিংজেল অঙকপা ফংনা থাগৎতবা ঙমদে। হিরম খুদিংগী ফন ফন চোংথোক্তুনা লানথেংনখিবা মণিপুর নুপীনি।

মথংদা ঙসি মণিপুরগী মৈতৈ নুপী থৌনা ফবী শর্ম্মিলানা ইমা লৈবাক্কীদমক্তা থব্বাইনা পোম্বা ওইগনী হায়দুনা চহি অমা হেনজল্লকলে। মণিপুরগী চনুরা লিঙ্হোইঙম্বীনা অরানবা তেন্দোং পায়দুনা শগোল মথক্তা তোংদুনা য়েক্লবা অব্বা তাঙ্হোকখিবা অদুগী সাইওন ওইরিবী শর্ম্মিলা চনুনা মালোমদা মী ১০ হাৎখিবা অদুগী মায়োক্তা অকনবা পব্বার ওইরীবা চিংনরবদি হেক্তা কাপ্পু হায়বা এক অদু লৌথোকপিয়ু হায়দুনা চারা হেল্লক্কীবা অসিগুম্বা থৌনা অসিনা মণিপুরগী

নুপীগী মথৌনা শিংথাদুনা লোইবা নত্তে। অসিগুম্বা থৌনা ফবী ইরোম চনু শর্ম্মিলা নৌজরিবী ইনখৎলক্লীবী মৈতৈ চনু মহাক্না অশিববু করিসু লৈতনা খন্দুনা তাইবংপান থাদোক্লমদায় মীকুপতুবু হরাওনা ঙাইরি। মণিপুরগী মী লাখ ২৪গী মহুৎ শিন্দুনা শিবগী থোংজিন্দা Arm Forces Special Power Act 1958 লৌথোকপিনবা থব্বাইবু করিসু ওইনা খন্দনা মমালৈবাক্কীদমক্তা থৌনা ফনা চোংথোরকলিবী ইরোম চনু শর্ম্মিলা। শর্ম্মিলাদি মথৌনা লিংজেল লৈবী, লাইপোক ওইবী, মহাক্কী অবতারনি, মাদি ঈশ্বরগী শক্তি লৈবীনি। নুপীদি ঈশ্বরগী ঙমথংনী হায়বদা ককনিংঙাই লৈত্রবা মীশক নুপীনি। মহাক্কী মগুণদি পৃথিবীনা লৈরিবা মখে শক শোন্নদুনা লৈরগনি। মণিপুরগী ইতিহাসতা য়াইতোং খমদোংদুনা লৈরগদবনি।

পৃথিবীগী মশিং লাকঙমদ্রবা জাতিশিংগী মনুংদা শিংথাবদা মৈতৈ জাতিগী মৈতৈ নুপীশিংগী থৌনাদি মফম অমদা ফিদা থাদুনা থমনৈ। মণিপুরগী সাহিত্যদা মৈতৈ নুপীশিংগী ফজবা থৌনাশিং য়াওদবা লৈতে। মৈতৈ নুপীশিংগী চাওরাকপা মগুণশিং মতম মতমগী থৌদোক ৱাথোক কয়াদা মৈতৈ নুপীশিংনা তৌথোরকপা, অঙকপা, অকিবা, শুমহৎনিংঙাই ওইবা, গুণ কয়া উৎথোরকপা অদুম ঐখোয়না থেংনরি। মৈতৈ নুপীগী থৌনাদি শিংথাবদা সুকলোই লোইবা নাইররোই। পৃথিবীগী থৌনা ফবী নুপীশিংগীদমক্তা মৈতৈ নুপী হেন্দোক থোইদোক্লা মমিং লৈরবীনি।

পৃথিবীগী ওইবা নুপীগী কনফরেন্সতা নুপা অমসুং নুপীবু চপ মান্ননা চাওখৎমিন্নবা প্লান তৌই। মসিনা নুপা নুপী চপ মান্নবা মওংদা এজেন্দা অমা শেম্মী। নুপা নুপী য়ুম অমদি মপান্দা পুন্না দাইতা লৌমিন্নগদৌবা দাইদদো পী। শান্তি ওইবা য়াম্না চাওখৎপা অচুম্বা ওইবা সমাজ অমা করম্বা সমাজনো হায়বদা চপ মান্ননা য়েংবা নুপী ওইবগী জ্ঞান তৌবা ঙম্বগী শক্তি অসিগুম্বদা শাগৎলকপা

সোসাইতি অমা ওইনবা প্লান তৌই মমাংদা পনখ্রিবা অসিনা ঐখোয় লৈবাক্কী ওইনা নুপীশিংগী চাওখৎপা থাক্তা পুখৎলকপদা ইনোৎ অমা হাপ্লা য়ারে খনবদা নুংঙাইবা অমা থম্মোয়দা ফাওরকই। ব্রালনেস ওফ হ্যুমেননিতি হায়বা অসিগা চপ মান্নে। শান্তি ওইবা অহোংবা কয়া পুরক্তুনা অফবা ওইহনবা মতমদা চাওখৎলকপা তাবনি।

মমাংঙৈদগী হৌনা মীওইবগী সমাজ অসিদা ধর্ম্মনা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাকই অদুম ওইনমক ধর্ম্ম অসিনা খাইদোক্লবা লাকপা অসি ধর্ম্মদগীনি ধর্ম্মগী ওইবা রেকোৎশিং অসিনা তাকপদি নুপী চাওখৎ খোংথাংগী মরমদা অচৌবা থৌদাং লৌরমদে। থাইনা মমাংঙৈদা হৌরকপা ধর্ম্মশিংদো ইতিহাসনা তাকই ধর্ম্মশিং অদুগী অনৌবা শরুকশিংদদি নুপীশিং অসি চাওখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী মতমগী মতুং ইন্না নুপীগী চাওখৎপা অসি হোংলকই।

খ্বাইদগী ফবা প্রিন্সিপলদি মীওইবা পুম্নমক অমতা ওইবা খোংথাংনি মদুদি ঐঙোন্দা ফজনা তৌহনগে হায়রবদি মীঙোন্দসু ফজনা তৌবীবা নুপীদা করম্বা মওংদা য়েংগদবগে হায়বা খুদিংমক নৈনবা তারবদি থাইনগী ওইবা ধর্ম্মগী ওইবা চৎনবীগী ওইবা অসি থাদোকপা তাই মশাগী ওইবা অহোংবা পুরক্লবা হোৎনবা মতমদা নুপী চাওখৎপা হায়বসে অদুম্মক লাক্কনি। অমনা অমবু মরাল লৈ হায়বা অসি থাদোকপা তাবনি।

নুপাশিংনা মমাং থাবা নুপীশিংগী কন্ত্রিব্যুসনশিং অদু নুপানা য়েংবা তারবদি ঙসিগী সমাজ অসিদা অফবা শান্তি ওইবা য়াই। নুপীশিংসু ফজনা লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা দরকার ওই নুপীনা তৌবা খুদিংমক তৌবা তাই হৈথোই শিংথোইবশিং অদুনা পুম্নমক য়াওশিনবা তাই। নুপা নুপী চপ মান্না লেং অমতদা থবক তৌমিন্নবা তাই।

মহৌশা চাওখৎত্রিবৈঙেদা অরবতা নুপীবু গধা হায়রগা খণ্ডনরম্মী মণিপুরদসু য়াম্না নেম্বা থাক্তা নুপীবু থমলম্মী। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না হৌজিক মণিপুরদা নুপানা নুপীবু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎপা হৌনরি নুপা নুপী ইকেলিতি বিভিন মেন এণ্ড রুমেন হায়বা অসি মণিপুরদা মমি তারে। অথুবু মতমদা মণিপুর চাওখৎপা য়ারগনি।

ঙসি মৈতৈ নুপীশিংগী চৎনা লোনচৎশিং অসি অঙাং ওইরিবৈঙেদগী হৌনা য়াউরক্লবনি হায়না উবা অদুম ফংই। মমাংবৈঙেদা চহি ৫০-৬০ মুক্কী মমাংদা চৎনরম্বা লোনচৎ শাজৎশিং অদুগা হৌজিক মতম অসিদা চৎনরিবা শাজৎশিং অসিগা অসুক্কী মতিক খেন্নবা উবা ফংই। মসি খরদি নুংঙাইতে অদুবু মতমতগী লিলানি হায়দুনা খন্দুনা পুক্লিং অসি খরা ফাজিনবা ঙম্মী। চহি খরা নৌরিবা অঙাং লৈশাবিশিংনা ঙসি মণিপুরদা মখোয়গী চৎনা লোনচৎশিংগা মহৌশাগা য়াম্না খেন্নবা নুতিগী ওইনা উবা ফংই। খেৎনবা অসি খরতা নত্তে অসুক্কী মতিক খেৎনৈ।

মহৌশাদি অয়ুক্কী চীন য়া শেংবদা মচি মরুমদা মবুং মৌপ্পা ফাওবনা উবা ফংলমদে। ফিজেৎ চাকচা খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না সেৎ চাবা, নুপীমচা অমা ওইবগী চপ চানা মওং তাবা লৈবা, অমোৎ অকাই অকাইবা খুদিংমক চেকশিন থৌরাং লৌদুনা মীপোং উহনবা লৈতনা মওং তানা চেকশিন্না লৈবা অসি মখোয় নুপীমচাশিংগী লিচৎনি। হৌজিক্কী নুপী মচা লৈশাবী মপুং ফাদ্রিবীশিংনা তৌরিবা নিতি নিয়মশিং অসিদি মী খুদিংমক অসিবু করিসু ওইনা উদবা অসি মখোয় তৌরিবা চৎলিবা ফিভম অদুনা ইরাই লাইনা তাকপা ঙম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি মীমাংদা চীন য়া থিনবা অমাং অশোইশিং অদু ইরাই লাইনা অদুম উথোকপগী থবক অসি অদুমক চৈথে। চেকশিনবা খরা ৱাৎপা হায়বদি ৱাঙাং ৱাতাদসু লৈশি লৈথোনবা লৈরকতবা মথক মখা খংদবা অহল লমনগী মথক্তা থকসি খাসি নাইদনা পংঙাং ঙাংবা পংশক শক ঘাৎ পাৎ নাইদবগী নিতি নিয়ম অসি চৎথবা নুতিগী ওইনা

লাইনা ইমাংদা উবা ফংই। মসিনা লৈবাক্কী অমাংবা শক্তম কায়রকপা লাইনা পীবা ঙম্মী। নুপীদি নুপী মানবা ফৈ। নুপীদি তংখাই অমনা প্রকৃতিনি তংখাই অমা নুপীনি। নুপীদি সোইবা য়াদে, নুপীনা হেক সোইবদা লৈবাক অদু মাংলকপদা মতেং চাওনা পাংই। ব্যবহার লমচৎ হায়বা অসি নুপী ওইবিশিংগীদি য়াম্না দরকার ওই। মসি থাইনগী ওইবী ইমা ইবেলশিংগী ইতিহাসকী লমাই ফাকতোকউবদা খঙবা ঙম্মী। ঐখোয় হৌজিক্কী মতমগী ইতিহাস অসি মীরোল কয়াগী মতুংদা ফাকতোক্লুনা য়ৌলুবা মতৌ করম্বা তমজনিংঙাই য়াওরমগনি খনবদা ব্রাদবা ঙমদে। ফিজেৎ চাকচাগী মরমদসু কিনিংহাই কয়া মরুম্না থল্লবা উবা ফংই। চাওখৎলবা লৈবাকশিংনা ঙসি সেৎলি চারিবা ফিজেৎশিংদো য়েংবদা হকচাং অসি নিক্তবা ঙমদে। অদুবু মকোয় লৈবাক অদুদি চাওখৎপগী থাক্তা চাংদমনিঙাই লৈতনা চাওখৎলবনি। মদুগী মতৌ তম্বা তারবদি ঐখোয় মণিপুরদি মদু য়ৌগদবা য়াম্না ব্রাৎলি। Foreign লৈবাক্তদি ব্রাখল অব্রাংবা থাক্তা লৈরবনি মখোয়গী ব্রাখন্দি 'মীওইবা খুদিং চপ মান্নে ঈশ্বর অমতগী মচানি খনবা ঙল্লবনি। মীওই খুদিংমক নুংশিবা ঙমলবনি' মদুগা ঐখোয় মণিপুরগা য়াম্না খেৎনবা লৈ। ঐখোয়গীদি ময়াম্না অদুম খংনরবা ব্রাফমনি ঐনা অমুক হায়রুদ্রবসু। মীনা মতৌ তম্বা তারবদি মীগী চাওখৎ লম্বীদুগুম্না লাক্লবদি তম্বা য়াই। ফি তংখাই সেৎপনা ঐখোয়দা য়াম্না মাংনিংঙাইগী মশকনি। মরম অসিদগী ঐখোয় ঐখোয়গী ফিজেৎ চাকচা হান্নদগী লৈরকলবা নাৎকী ফিজেৎ চৎনবী সংস্কৃতি কয়া অমসু মতম অসিগা চান্নদ্রবা ত্রেদিসন অমনা হায়না লৌনরকপা অসিমক্তী অরানবা ব্রাখল অমদি তাইওন্নবা ব্রাখল ওইগনি হায়বা অসি হায়জনিংই। ঐগী ঐগী ওইবা নাৎকী ফিজেৎ অসিনা নাৎকী কলচর কল্লীবনি। মণিপুর মীরক তিনবা ঙম্নবা হায়বদি ব্রাং চাওরবা লৈবাকশিংগা চাংদম্নবা ঙম্নবা য়াম্না দরকার ওই।

অমরোমদা ওন্নতৈনবা মায়কৈরোমদা খন্দুনা য়েংলুবদা ঙসিগী সমাজসিদা নুপী অমদি নুপা রাইট মান্নে হায়দুনা লাওথোকখিবা মদুদগী লাইরিক লাইশু জ্ঞান তাবা ব্রাৎপদগী খম্ভবা ব্রাৎপদগী হায়না লৌবসু য়াই। রাইট মান্নবা

হায়বসি করম্বা মখলগী রাইটনো কুপ্পা থীগৎপা তাবনি ফীজেৎ চাকশেৎ, চাকচা য়ুথক চৎনবী হেনবী মহৈ মশিংগী অসিনচিংবা মরম কয়ামরুমসিং অসিগীরা হায়না হংনিংই। ঐগী মত্তা অসুম্না থমজনিংই। হৌজিক্কী মতমদা নুপা অমনা তৌবা ঙম্বা শক্তি অসি নুপীগীসু তৌবা ঙমই। অদুম্নদি ওরিগা হকচাং অমদি চৎনবী কয়ামরুমদি রাইট মান্নৈ হায়বা ঙম্লোই।

নুপা নুপী রাইট মান্নৈ হায়না ভাস ওইখিবদগী ঙসি নুপীনা নুপাগী মওং তমশিল্লকপা লাইনা উবা ফংলে। রাইট মান্নবা হায়বসে নুপানা লৈবাক্কী শক্তি পাইবা ঙম্বা অদু নুপীসু পাইবা য়াই থবক চংখোনবা নুপাদৌনা চৎথবা য়াই। অদুবু রাইট মান্নরে হায়রগা নুপীশিংগী ওন্ন-তৈনবদা পুনরে। নুপীগী চৎনবী মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরম্বা ফজবা মৈতৈগী চৎনবী কলচর অদুদি পুংতোপ তোপ্পা লৈহল্লে। ঙসি চাওখৎলবা Country কয়াগী শেৎলিবা ফিজেৎ চাকশেৎ অদসু শেত্তবা য়াদে মতম মতমগীনি মখোয় তৌরিবা মওং মতৌ অদুসু তমনিংই হায়দুনসু ইশা ইশাগী ব্রাখল খরদি খন্থনিংঙাই দরকার লৈ অদুগা য়ুম পান্দ্রিঙৈগী মমাং তৌনিংবা তৌবা চৎনিংবা চৎপা লীচৎ অদু য়ুম পাল্লবা মতমদদি পুমহোং হোংগনি। অদুবু পুম্নমক অদুগী ব্রাংমদা ঐহাক হৌজিক করি ওইরবনো হায়বা ইশানা খন্থবা হায়বসে দরকার ওই। Education মঙাল ফজনা ফংলবা মীওই অদুদি শোইদনা মহাক্না চৎলিবা লীচৎ শাজৎ লমচৎ ব্যবহার শোয়দনা খঙলমগনি। মসি পুম্নমক ইশানা ইশাবু ব্রারকচরগা ঐখোয়গী ইনাৎ চৎনবী শেমদোক্নুনা মীওইবা সমাজগী ফজরবা কলচর অদু মাংহন্দনবা ঐখোয় নুপী ওইবী খুদিংমক্না মণিপুর ইমাবু কন্ননবা ফজবা থাক্তা পুখৎপা ঙম্লবদি ঙসি ওইরিবা অসি খরা ফগদ্রা হায়না ঐগী মত্তা থমজনিংই। অদুগা অমুক খন্দুনা য়েংসি ফিজেৎ চাকশেত্তা ঙাক্তনা চাওখৎপা ঙাক্তা পুরকপা ঙম্লব্রা হায়বদুদি ঙমদ্রি। ঐখোয় পুম্নমক্না ফিজেৎ ঙাক্তগী ওইনা চাওখৎপা ওইহনবা ঙমলোই।

চাওখৎপা হায়বসে হিরম খুদিংমক্তা চপ মান্ননা Education ফজনা হৈহনবা দরকারনি। মরম অদুনা নুপী খুদিংমক ফিজেৎ চাকসেৎ ফজনা শেৎলগা মী অদুগী ফজবা Quality খরা শকহেন মীংশেলদা ফজৈ ফজদে হায়বা মমি অদু

ফজনা খংবা ঙম্বগুম ঐখোয় ঐখোয়গী অফ ফত্তসু। মী মীদুনা তৌরিবা অদু অউবনা মীৎ নাবগুম ইশানা করি ওইরিবগে করম্বা থাক্তা লৈবগে হায়বগা লোইননা ইশা ইশা শেমদোক্লবা হোৎনসি। নোংমা নোংমগী নুপী সমাজ চাওখৎপা পুরকপা ঙমদ্রি করিগীনো হায়বা খঙ্গনিংঙাই দরকার ওই। মণিপুরগী নুপীগী সমাজগী ফজবা ইনাৎ, কন্ননবা হোৎনবদা খবর কাগজদা অখং অহৈ কয়া কয়ানা ইরিবা কনানসু নাচুংবিদে অদুম ওইনমক পুন্নমকসি থৌওইদবা অমদি উশিৎতবদগী মণিপুর সমাজগী নুপী ঙসি ময়েং তাদুনা লৈরিবনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোকলোই। ঐখোয়না মী অমদা মী অমবু ব্বারকনিংঙাইগী মতমসু নৎচদে। ইশানা ইশাবু ব্বারকচরগা হৌজিক ঐখোয় পুন্নমক্না নুপী সমাজগী ফজরবা কলচরবু কন্ননবা হোৎনমিন্নসি। মফম অমদি মতম নাইনা থবক তৌবা তাই। পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোই শাবা তাবনি। পুংলোন খংদনা জগোই শাবদগী ঐখোয়গী নুপী সমাজ লৈখা তাদুনা লৈরিবনি অসিগুম্লবা হীরম খুদিংমক ঐখোয়না মুন্না খল্লগা নুপী ইজৎ কলচর চৎনবী লমচৎ ব্যবহার ফজবা থাক্তা পুরকপা ঙম্লনবা হোৎনদুনা নুপীগী কলচরবু মাংহনদনবা হোৎনসি। ঙসি ঐখোয়না মফম খুদিংমক্তা থুংনা কোয়না য়েংলুবা মতমদা লাইরিক হৈরগা লাইশু খংদবদগী ইশাগী ফীরেপ করম্বা থাক্তা লৈবগে হায়বসি করিমত্তা খংদবদগীনি হায়না লৌজনিংই। চাওখৎপা থাক্তা পুখৎনবা মণিপুরগী ইতিহাসকী পরিং মওং তানা লৈহৌনবা তুংগী য়েংলগা নৌরিবী নুপী কয়ানা মরুমগী ব্যবহার ফজবগী মওংদী পুখৎলকপা তারবদি পৃথিবীগী মনুংদা নুমিৎ তাবা লৈত্রবা বৃটিশ সমাজগা চাংদম্নবদা মখোয়না হেনবা লৈররোই।

লৈবাক অমা চাওখৎপা মতমদা নুপীনা খ্বাইদগী অচৌবা থৌদাং লৌরি। নুপী য়াউদনা থবক অমত্তা য়ারোই নুপীদি বেদান্তগী শক্তমনি, জোগগী শক্তম্নি হায়না অখং অহৈশিংনা মতম পুন্নমক্তা হায়নরিবনি।

য়ারিবমখৈ নুপীবু ইডুকেসনগী মঙাল ফংহনবা য়াম্না দরকারনি। নুপী অসি মহৌশা লাইরেম্বীনি প্রকৃতিনি মসিগী অর্থদি করিগুম্বা পৃথিবী অসিগী কলচর খুদিংদা নুপীবু য়াওদনা খক ওইবা য়াদে। জগৎ অসিদা লৈরিবা নুপা খুদিংমক্না করিগুম্বা কবিতা অমা ইবা ড্রামা অমা ইবা, করিগুম্বা মতম মতমগী ৱারি ইবা মতমদা নুপীবু হন্থনা য়েংবা, নুপীবু নমথবা, নুপীবু অন্ধবিশ্বাসতা থাজগনবা য়াম্না পংবা, ফত্তবী নুপী অসিনচিংবা কয়ামরুম ইদ্রবদি মখোয়না ইনিংঙাই লৈতে মরমদি নুপী য়াওদনা সমাজ অমা ইমুং অমা, মফম খুদিংমক্তা নুপী য়াওদবা য়াদে। নুপীবু হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংলিবনি হায়না নুপীশিংনা খনবা য়াদে, নুপী হায়বা অসি প্রকৃতিনি ঈশ্বরগী মঙাল মীংশেলনা নুমিৎকী মঙাল য়ৈরকপা অদুগুম নুপী খুদিং ঈশ্বরগী শক্তি লৈবনি। মীওই খুদিংনা করিগুম্বা অৱাবা অমা খুদোংথিবা অমা তাবা মতমদা ঈশ্বর অসি নাঁতে চাদেহে ঐগী অৱাবসি কনবীদে হায়দুনা ঈশ্বরবু শাওই। অদুগুম্বা নুপা খুদিংমক্না নুপীদা ফত্তবা বদনাম পিরগতা মখোয়গী নুংঙাইজবা পুক্নিনি। নুপী হন্থনা য়েংবনা চাওখৎতবা লৈবাক্কী মতৌনি। অৱাংবা লৈবাক্তা নুপী ৱাংনা থাংগৎপা, মখোয়গী লৈবাক্না চাওখৎপা অদু হেনগৎলকপা, মীওই জগৎনা অসুম খংনদুনা লাক্লবনি।

ঐখোয়গী মৈতৈ নুপীসু হৌজিক্তী অৱাংবা থাক্কী মীওই ঙাক্তা ওইনা তৌনরক্লে। অহোংবা লাক্লে নুপী সমাজ। সমাজগী অহোংবা পুরকপদা নুপী য়াউদবা য়াদে। মহৌশাদি নুপীনা ইমুংদা কোললিক ফেংদুনা, ৱাইরম তৈদুনা, ফম্মুং-ফানুং লোইশিন্দুনা, মপাল-ইপাল থোক্তনা ইমুংদা নোংহানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা লৈরম্বা অদো হৌজিক্তী, সমাজ অসি চাওখৎপা থাক্তা পুরকপা ঙমগড্রা হায়না খন্দুনা নুপীশিংবু লৈবাক্কী থৌরম খুদিংক্তা শরুক য়াহনবা হৌরক্লে।

হৌজিক্তি সমাজগী ওইবা এসোসিয়েসন শেমদুনা সমাজগী কান্নবা শেনথুম লাক্লবগী থৌরম কয়া পুথোক্লুনা সরকারদগী শেনথুম লৌরগা লৈকাইগী শুবা নোম্বা ঙমজদবা মীওইশিংদা শেন থুম পীদুনা মতেং পাংবী। নুপী সমাজদা

হৌজিক অসুক্কী মতিক চাওখৎ খোংথাংদা চংশিল্লক্কী। ইমুং অমদা ঐখোয়গী মৈতৈ নুপীনা চাওখৎপা থাক্তা পুরক্কে হায়না নিংবা মতমদা চাওখৎপা অদুম লাকপা ঙম্মী, চাওখৎপা হায়বসে নুপীগী মতৌ য়াম্না লৈ।

ঙসি থৌনা ফবী মৈতৈ নুপী কয়ামরুম মৈতৈ সমাজ অসিদা ইহান ঙান্ন লৈরে। নুপী চাওখৎপা হায়বসে পৃথিবী চাওখৎপনি। নুপী চাউখৎত্রবদি সমাজ অমা চাওখৎপা ওইবা য়াদে। চাওখৎপগী থাক অসি নুপীদনা পুরক্কদবনি অৱাংবা থাক্কী ৱাখল হায়বসি নুপী খুদিংমক্না পুরক্নবা হোংনগদবনি। ঙসি পৃথিবী অসিদা শক্তি কয়ামরুম পুরক্নুনা চাওখৎপা খোংথাং থাংমিন্নদুনা অৱাংবা থাক্তা লৈরিবা অসিনি।

নুপীগী শক্তি নুপীগী থৌনা থাবা লোইবা নাইরোই, নুপীদি জগৎ শেম্বনি। লৈমা লিছোইঙম্বী অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা অমুবা কালিনা অঙৌবা চেদা তৈদুনা অদুম লৈরগদবানি। পৃথিবীনা কাইদ্রিফাওবা লৈমা লিছোইঙম্বী হায়দুনা অদুমক লৈহৌরগদবনি। মতম কয়া মমাংদগী হৌনা থৌনা মরিংজেল লৈবী হায়না অদুম্মক লৈরগদবনি। মৈতৈগী নুপীশিং খুদিংমক লৈমা লিছোইঙম্বীগী মতৌনা অদুনা লৈমা ঙাক্তা ওইনা উবা ফংই। মৈতৈ নুপীদি কৈদৌনুংদসু থবক অমা তৌবদা নিংহন্নবা লৈতে। মণিপুরগী নুপীশিংনা ঙসি ৱাং চাওরবা লৈবাক পুম্নমক্তগী থৌনা ফবদা তাথগনি হায়বসি থাজবা খরা ৱাৎলি। মপুং ফানা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওই ঙাক্তা ঐখোয় মণিপুরদা লৈবা তারবদি ঙসি বৃটিশ সমাজ নুমিৎ তাদে হায়নরিবা অদুগুম্না ঐখোয় মণিপুরসু নুমিৎ তারোই হায়না নিংই।

চহি ৭ খুন্তাকপগী মতাংদা অৱানা মণিপুরদা লান তারক্নুনা মৈতৈগী য়ুম ২০০ মুক্তা ঙাইরবা মতমদা মৈতৈ নুপীনা করি করম তৌরী হায়দুনা য়ুম য়ুমদা চত্নুনা য়েংশিল্লম্মী। মকোয় মোইবুং খোংলগা মখোয়গী ইংগিৎ খংনরম্মী, য়াম্না থৌনা লৈ নুপীশিংদো। নুপীশিং অদুনা অৱাশিং অদুবু মপুক্তা থাংনা থিন্দুনা হাৎলম্মী। মৈতৈ নুপীশিংনা অকনবা ইহৌ অমগা লোইননা অৱাবু মণিপুরদগী

তাহোকখি। থৌনা ফবী নুপীশিং অদুগী মচা-মশুশিং অদু হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ নুপীশিং অসিনি নমথবা য়াররোইদবা মৈতৈ নুপীনি।

মালেম অসিদা নুপীগী ফিজেৎ অসিনা পুম্নমক্তী হেল্লে হায়বসি হায়রুদ্রবসু ময়াম্না অদুম খংনরবা ৱাফমনি। মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ অসি মখল মথেল য়াম্মী চাক-চা হৈজানবা মতমদা শেৎপা ফি মখল অমা মোইরাং ফিজোল ইউনিফোর্ম মচু খেন্নরবসু মওংদি মান্নহনবা অসি মৈতৈ নুপীগী কলচরগী, চৎনবীনি। চৎনবী অসি হোংদোক্রুদে। মৈতৈ নুপী খুদিংমক্না মতম অদুগা মান্নবা অমা পুরকই। লুহোংবা মতমদা থম্বাল লৈখোক, লৈকোক লৈচংবা, লোইরং হব্রাই থরাক মরু হায়রীবা য়েংবদা মীৎ থক্লবা মিৎফম হোংবা ঙমদ্রবা অসিগুম্বা ফিজেৎশিং অসিনা জাতি পুম্নমক্তগী অথোইবা তমজনিংঙাই ওইবা ফিজেৎনি। মালেমগী মফম খুদিংমক্তা কোই থিবদা মৈতৈগী লুহোং খোংদোংবদা শেৎলিবা ফনেক অসিনা অথোইবা ওইনা লৈরবনি, মপাম চাক্লৌবা হায়বা মতম অসিদা মৈতৈ নুপীশিংনা মুগাগী ফনেক ফিগে হায়না মিংথোনবা ফি মচুনা মুকাকলৈ, মচুদি মখল মথেল য়াম্মী। ফিগে হায়রিবা ফনেক অসিগী মুগা ইন্নফি মোইরাং ফিজল অসিনচিংবা অসিনা লৈতেং ওইরগা চাক্লৌবা চৎনৈ। মখল মথেলগী ফিজেৎ অসি মতম মতমগী মখল য়াম্মী — (১) তরেং কুম, (২) কুমজিংবী অসিনচিংবা মখল মথেল য়াম্মী। শীংথাবদা লোইবা নাইররোই। অইবনা ৱাংলনি।

মীতৈ নুপীসিংগী ফিজেৎ অসিদি মালেম পুম্বগী ওইবা ফি তংখাই শেৎপা অদুগা য়াম্না খেননৈ। মৈতৈ নুপীশিংনা হকচাংগী শরুক পুম্নমক থুংনা কুপশিল্লগা মাইগী শরুকখক্তং থাদোকপা হাইদোকপা হায়বসে অসিদগী হেন্না ফজবা মালেমদা লৈরমগনি নিংদে। মালেম অসিদা ঐখোয় মৈতৈগী ওইবা মতম মতমগী চৎনবীগী ওইবা ফিজেৎ লৈতেং অসি চৎনবী অমা ওইনা অহোংবা লৈতনা সেৎ চাবা অসিগুম্বা মফম অতৈদা লৈবা উদে। মখোয়দি অসেৎপা অমা হোংবা লৈতনা অদুম সেৎপা ওইনা তৌই। ঐখোয় মৈতৈ ফিজেৎকা য়াম্না খেৎনৈ। মসি মালেমগী

মীওই খুদিংমক্না তমজনিংঙাইগী মশক্নি। মরম অসিদগী ঐখোয়না ঐখোয়গী হান্নগী ফিজেৎ চাকচা, হান্নদগী লৈরক্লবা নাৎগী ফিজেৎ চাকচা চৎনবী সংস্কৃতি কয়া অমবু মতম অসিগা চুন্নদ্রবা ত্রেদিসন অমনি হায়না লৌনরকপা অসিমকতি অরানবা ৱাখল অমদি তাইওন্নবা ৱাখল ওইগনি হায়বসি হায়জনিংই। ঐগী ঐগী নাযকী ওইবা ফিজেৎনা ঐখোয়গী শক্তম অদু ঙাক্লিবনি। ফিজেৎ চাকচা ওন্ন তৈনরবদি মালেম অসিদা ঐখোয়বু কনানা শক খঙবীগনি। ঐগী ফিজেৎনা ঐগী ওইবা চৎনা লোনচৎ তাকপনি। ফিজেৎ তংখাই সেৎপা লম অদুগী মওং মতৌ ঐখোয়গী মৈতৈ নুপীগী মওং তাবা ফিজেৎ অদুনা ঐখোয়গী ইরমদম অসিগী অরুবা কা হেন্দবা লমচৎনা ঐখোয় নুপীশিংবু মালেমগী মফম খুদিংমক্তা শক তাকপী ওইগনি। মালেমসিদা চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিং অসি মাগী মাগী কলচরগী ফিজেৎ চাকচা মাঙহন্দনা নিয়ম অমগী মখাদা লৈবা ঙাক্তা ওইনা তৌই।

ঙসিগী ইনখৎলক্লিবা মণিপুরগী নুপীশিংগী ফিজেৎ চাকচা অসি ৱেষ্টর্ন লোমগী মতৌ তমদুনা ফি তংখাই শেৎলিবা অসিনা ঐখোয়দা কয়া য়াম্না অকায়বা পীবগে হায়ববু মৈতৈ নুপীগী ফজখ্রবা ফিজেৎ লৈতেং হকচাং পুম্বা কুপসনবা পুম্নমকতো মাংখিবা হায়বসে ঐখোয়গী নুপী ওইবীসিংগী মাঙবতা নত্তনা লৈবাক্কী ওইনা অমাংবা হায়বদো ওইরক্লিবা অসিনী। খুদম ওইনা ঙসি চাওখৎলবা মালেম অসিদা ইংনা তপ্না নুংঙাইনা লৈনরিবা মতম অসিদা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিদা নুপীবু ইজৎ মাংহনবা ওৎপা নৈবা, মৈরা পায়বীবু ফুথবা অসিনচিংবা। কয়ামরুম থোক্লিবা অসি ৱেষ্টনগী ফিজেৎ চাকচা অসিদগী থোরকপনি। নুপী হায়বা অসি লৈগুম্না থোংপা নৌবা, হায়বদি অফাউবা অইবশিংনা "নুপী হায়বা অসি তংখাই অমনা প্রকৃতিনি তংখাই অমনা নুপীনী" হায়রিবনি। অদুগুম্বা ঈশ্বরগী শক্তী লৈবী নুপীবু ফি তংখাই শেৎপা তারবদি করম্না শান্তি লাক্কদৌরিবনো? লৈবাক অদুম মাংবা তাবনি। ৱাং চাওরবা লৈবাকশিং চাওখৎপদা মপা লৈত্রবা ইংলন্দগুম্বা

লমদা ফি তংখাই শেৎলবসু অকাইবা লৈতে মখোয়দি খমথেংনা চাওখৎপা থাক্তা লৈরবনি, তংখাই শেৎলি, মপুম শেৎলি হায়বগী ব্রাখল খনবা ঙম্বগী চাংদা লৈগ্রবনি; ঐখোয়গী লমগা মখোয়গী মান্নবা য়ারোই। ঐখোয়গীদি ফি মপুম শেৎসি মীতৈগী কলচর মাঙহনগুমসি। ইনাৎকী ওইবা ফিজেৎ চাকচানা ঐখোয়বু মীরৈবাক্লা ইকাই খুম্নগদবনি। ঐগী ইনাৎকীওইবা ফিজেৎ মশক খঙদ্রবদি হৌরকফম লৈতবা মপা মপু মশক খঙদবা ওইনা মীনা খনখিগনি। য়ারিবা মখৈ ইনাৎকী ওইবা ফিজেৎ মাঙদনবা হোৎনসি ফিজেৎ ফিগাই শেৎপা হৈনগুমসি।

নুপীবু হন্থনা য়েংবা অসিদগী চাওখৎপগী থাক অসি অসুম অসুম নোংমা নোংমগী ওইনা হন্থরক্লিবা অসিনা চাওরবা খুদমনি। মহৌশাদগী হৌনা যুগ কয়াদগী হৌনা ধর্ম্মনা সমাজ অমগী থৌদাং য়ানা চাওনা পুই। ধর্ম্মগী ওইবা চৎনা লোনচৎ অদুনা সমাজবু থৌদাবগুম্না তৌদবা য়াদবা তৌরোইদবানী মসি ধর্ম্মদি মতুং ইন্না তৌগদবনি হায়বসে মতম মতমগী অবতার অদুনা হায়বা মতুংইন্না তৌনৈ। ধর্ম্মদি তাইবং মীওইবগী হিংদবা অসুক্কী মতিক নিয়ম চুমহনবা মীওইববু ইংনা তপ্না শান্তিদা লৈবা ঙকহনবা মীওইবগী চৎনা লোনচৎ নিংথিনা চৎহন্নবা অমগা অমগী নুংশিনবা হায়দুনা মতম মতমগী ওইবা অবতার অমমম থারকপা অদুনা পুথো রকপা ধর্ম্ম অদুনা মীওইবগী থৌদাং চাউনা পুবগী মতুং ইন্না ঙসিগী মালেম অসিদা ফাওবা চৎনরকলি। চহি লিশিং ৬ হেক সুবগা মালেম অসি অহোংবা নাইবনিনা হাৎনসুনবা অকিবা থৌদোক কয়া লাক্লবা মতমদা অমতা ঙাইবা ঈশ্বর হায়বদি নুমিৎকুম্বা লৌসনবা লৈত্রবা পিথোকপগী শরুক্তা ওইদুনা লৈরবা অসিগুম্বা ঈশ্বর অদুনা অহোংবা নাইনা অবতার অমা হেক্তা থারকই। হৌজিক মতমত অসিদা হিন্দু ধর্ম্মদি চহি লিশিং ৬ হেল্লে অনৌবা অবতার অমা লাক্লমগনি ঐখোয়না খঙদবদগী তৌবনি। সৈত্য যুগ চহি লিশিং ৬ তেট্রা যুগ লিশিং ৬ দ্বাপুর যুগ চহি লিশিং ৬ অসুম্না চহি লিশিং ৬ কী মতুং ইন্ন হোংলকপা ফিভমগী মতুং

ইন্না অবতার অমমম অমুক লাক্তবা য়াদে। হৌজিক্তী নোংঙাল্লমদাইগী খংমম মমশিল্লকপা অদুনি। হেক ঙাম্বোরকপা মতমদা করিনো তৌরমলিবা অসিদি ঐখোয়দি অম্বদুদা জ্ঞান মাংলক্কুনা মীওইবা হায়বা অসিগী পুন্সি অসি য়াম্না লাইনা খল্লুবা হায়বা অসি খন খন্দুনা ভাব খংতা তারক্কুনা অনুতাপকী মৈনা চাকপা সোইদ্রবনি।

জ্ঞান য়াওদবা মীওইবনা নুপীবু নমথবা হায়বসে মহৌশাদগী তৌদুনা লাকই। মতম মতমগী অবতারশিং অদুনসু 'নুপী চাওখৎহনসি' হায়বা অসি করিগুম্বা বাইবল, গিতা পুরান অসিনচিংবা খুদিংমক্তা ইরমদে। মসিনা তাকপদি মালেম অসি চাওখৎপা থাক্তা লাক্লবসু অমুক অমুক অৱাবা লাকইবা অসিনি। নুপীদি ঈশ্বরগী মংঙালনি তংখাই অমনা প্রকৃতিনি তংখাই অমনা নুপীনি। অবতারশিং হায়বদি মতম মতমগী অবতারশিংনা বাইবলনচিংবা ইরম্বা নত্তে, অফাওবা অইবা অমনা ইরম্বনি। অবতার মশামক্লা ইরম্বা তারবদি নুপীবু চাওখৎহনসি হায়বা অসি ইরম্বা তাবনি।

"গীতাবাতা" হায়রিবা ঈশ্বরগী ফজখ্রবা গুণশিং অসিদা য়াওরিবা ঈশ্বরগী পাওতাকশিংগী মনুংদা "নুপী খুদিং ইদুকেশন মংঙাল ফংহনগদবনি অমসুং নুপী খুদিংমক চাওখৎহনগদবনি হায়বসি য়াউই। মসি ঈশ্বরগী অবতার মশামক্লা মখুৎনা ইরম্বনি মরমসিদগী মালেমসে অহোংবা কয়া লাক্লে। মীপুম খুদিং জ্ঞান তানরক্লগনি মালেম ইংনা তপ্না শান্তিদা লৈরগনি। অফবা নুংঙাইবা মরা তপ্না মালেম ওইরগনি নুপাগা নুপীগা থোং মান্ননা ইমুং অমদি মপালদা থবক থৌরম খুদিংমক লোইনা মান্নবা থাক্তা পুখৎমিন্নরবা মতম অদুদা মালেমদা শান্তিদি অদুম মান্ননি হায়রুদ্রবসু নোমলুদ্রবসু লাওরুদ্রবসু লাকচবা তাবনি। নুপীবু হন্থনা য়েংবা হায়বদো থাইগী লিরবা ধর্ম্মশিংগী ৱারি লাইরিক্তা চৎনহম্বনি, হৌজিক্তী মীওই খুদিং জ্ঞান তান্নরবনি ঈশ্বরগী অবতারশিংবু মতমগী মতুংইন্না নুপীবু ইকাই খুম্নরকলে। মালেম ইংনা তপ্না পানবা হৌরগনি।

মৈরা পায়বী হায়বগী অর্থ খঙদবা মীওই খরনা মৈরা হায়বী ওক্তবীনি হায়না ফুবিরম্বনি। মৈরা পায়বীগী অর্থদি মীপুম খুদিংমক ফত্তবা তৌগুনু অফবা থবক তৌমিন্নসি অসি অনা থোক্তনা চাওখৎপা লৈবাক অমগী মওংদা ঐখোয়দা ইংনা তপ্পা লৈমিন্নসি হায়বা অসি মৈরা পায়বীগী অচেৎপা ব্বাশক অমদি থৌদোনি। লাইরিক লাইশু হৈরবা জ্ঞান তারবা পৃথিবীগী ওইবা ব্বাফম খংবা ঙমলবা য়েংখিবা খুদিংমক্তা অফবা ঙাক্তা ঙাইবা ঙম্লবা মীওইবা হায়বা অসি করিনো কৈদৌবা লাকপনো অমদি করি তৌনি ঐ কনানা ঐ মশক মুন্না খংবা ঙম্লবা মতম অদুদা “মৈরা পায়বী” হায়বা অসিগী অর্থ খংবা ঙমগনি। মৈরা পায়বীগী অর্থ খংনবা অহল লমনগী মনাক্তা ফম্মু লাইরিক্কা মরুপ ওইবীয়ু। অহল লমনগী মনাক্তা ফম্বা হায়বগী অর্থদি থা অহুম (৩) চংনা লাইরক পাবদগী অসিংবা মী অমগা ঙহাক ব্বারি শান্নরবাদি শরুক চামা হেন্না সিংবা হেনগৎলি হায়বা অসি অফবা অইবশিংনা হায়বীখিবনি। ঐখোয় মীওইবা অসে খংলগা লৈরগা পোল্লকপা নত্তে তম্লগা মীয়াম তিন্নরগা শিংবা হেনগৎলক্কদবনি। খংলবা লৈরবদি খুদিংমক নুংশিবা ঙাকপিবা ঙম্লক্লবদি মৈরা পায়বীবুসু নুংশিবা ঙম্লক্কনি মথৌ লৈতবা নত্তে। ভাব তাবা হেনজল্লকতুনা জিবা পুম্বা ফহন্নিংদুনা থোরকপনি।

লৈকাই লৈকাইগী ওইনা মৈরা পায়বী হায়বা গ্রুপ অমা সেম্লগা থোরক্লিবা অসি মতমগী য়াওলনি। মতম মতমদা থোরক্লিবা পোৎশক অদু করিনো হায়বদো নৈনবা তাবনি। নৈনরবা মতুংদদি তোপ হেক্তা ভাব তারক্কনি ভাব তাবা ব্বাৎলবদি য়েংখিবা অমদি উরুবা খুদিংমক ফত্তবা ঙাক্তা ওইনা উগনি।

নুপীবু হম্বুনা য়েংবা মীওইসিংনা অসিগুম্বা অরানবা ব্বাহে ব্বাতাশিং তত্তনা শিজিন্নগনি। নুপানা মমাং থাগনি নুপীগী Contribution শিংদু য়েংবীদুনা থোং চপ মান্ননা য়ুমদা অমদি মপান্দা দাইতা চপ মান্ননা পুমিন্নদুনা থবক তৌমিন্নবা মতমদা মণিপুর হায়রিবা ইরমদম অসি শান্তি লাক্কনি লাক্লবদি মৈরা পায়বীসু লৈতবা য়ারনি।

মৈরা পায়বীগী থৌদাং য়াম্না চাওরে হৌজিক মণিপুর অঙাং মাংখ্রগা হৌহৌ চোংবনা চরা হেনবনা কান্নবা ফংলরোই। মৈরা পায়বীনা কেমেরা পায়বা তাই য়ুমদা চংদুনা অঙাং ফাখ্রিবা অদু অমদি গাড়ি নম্বর খংনবা ফোটো নম্বা তাবনি। কোম্প্লিং চংলকপা মতমদা ১) Magistrat, ২) Medical team য়াওহনগদবনি। তেমশিংনবা তারবদি ঙম্বা হোৎনবীবা তাই। অঙাং করিসু তৌজদ্রবা লাইরিক তমদুনা লৈজবা অঙাংশিং পুখিবা মতমদা হল্লক্রগা চরা হেনবগী মহুত্তা অঙম্বা শক্তি শিজিন্নবা ঐখোয় মৈরা পায়বীনা Permit লৌবা দরকার ওইরি। হৌজিক ঐখোয়না খঙগদবদি মণিপুরগী য়ুম্বীরেল য়ুম্বা মাংনবা তেমশিংনরক্লিবা অসি কন্ননবা হোৎনবিয়ু।

শোক ১৯৩৯ গী অনিশুবা নুপীলাল মণিপুরগী ইতিহাসতা হক্কুনা লৈরগদবা অমদি মালেমদা শিংথানদুনা লৈরগদৌবা মণিপুর নুপিশিংগী অকনবা থৌনাগী ইহৌ অমা ওইরবনি। লোয়লম সাসনগা নক্লবা করবররাল খরগী শেন্দোংগীদমক য়েংদুনা অথিংবা লৈতনা মপান লমদা চেং থাদোকখিবনা খাংঙমদ্রবা অরা চৈথেং লৈরক্লবা মতমদা অমদি খুৎশেমগী চাকতাংবা থোরকপা মতমদা মণিপুরী মীয়াম অমগী মীহুৎ শিন্দুনা মণিপুরী নুপীশিংনা বৃটিশ সিফাইশিংগী শঙ্কিনগী মায়োক্তা থৌনা ফনা চোংথোক্লুনা লাম্থেংনখি। মীয়ামগীদমক্তা অঙাংবা ঈখেং তাবনা হনবা লৈত্রবী থৌনা ফবী লাইওইপ্রবী ইমাশিং ঙসিসু মণিপুরগী মীয়াম্না ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা নিংশিংনরি।

ঙসি মণিপুর নুপী ময়াম্না লৈঙাক সাসন্দা পীরকপা অরা চৈথেং কয়া অমা মায়োক্লদুনা চোংথোক্লি। মণিপুর নুপীশিংদি ১৯০৪ দগী লালহৌবা কয়াবু থেংগাইনদুনা লাক্লবা মীওই ঙাক্তনি। ১৯৩৯ গী নুপী লাল খুদক্তা থোকখিবা নত্তে। নোংমা নোংমগী ফৌ-চেং তাংলকপা, চাবা ফংলক্তবা, প্রজাগী মথক্তা পৈশা খায়বা হেল্লকপা, ঈসিংগী টেক্স লৌখৎপা, অরাবা ময়াম অসি খাঙবা ঙমদবদগী নুপীগী ঈহৌ অসি লাকখিবনি।

ডিসেম্বর ১২ দা মপাল লমদা চেং থাবা য়ারোই, চেং পীয়ু হায়না লাওখিবা খোল্লাও অদু অহানবা ওইনা থোকখিবা থৌদোকনি। মতম অদুদা মণিপুরগী নুপীশিংবু মণিপুরগী নিংথৌশিংনা য়াম্না ওৎ-নৈরম্মী। মখুৎ হল্লক্করোই হায়বগী মতাগুম নুপীশিংবু খোঙ্গোয়নরম্মী। নুপীশিংগীদমক্তা খ্বায়দগী পুক্লিং শোকপা চহিনি। অশোক-অপন কয়া নুপীশিংদা থোক্লবা মতুংদা সিফাইশিং অদুনা পুখ্রিদা নুপীশিং অদুবু লংথরম্মী। অসিগুম্বা মীওৎ মীনৈ অসিবু খাঙবা ঙমদবদগী চোংথোরক্তুনা মণিপুরী নুপী কয়ানা মণিপুরবু কনখি।

ঙসিসু অদুগুম্লবা চৈথেংশিংদো মণিপুরদা লৈরে। মমা ওইবী কয়াগী মথাদগী মচাবু মুন্দুনা পুবিথ্রগা মফম খঙদনা মাঙহনখিবা অমদি মপুরোইবা অমদি মচাশিংগী মমাংদা নুপীশিংগী ইকায় খুম্নবা মাঙহনখিবা, মীওৎ-মীনৈ মসিগী তেংথাখোলনা থল্লবা নিল্লবা মণিপুর ওইরে। অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈ কয়া অসিদগী মণিপুরগী নুপীশিংনা খুদক্তা মৈরা পায়দুনা মচা-মশু কন্ননবগীদমক্তা অহিং মিৎশেল খাঙদুনা লৈরিবা অসি। মণিপুদা মৈরা পায়বী লিংখৎখিবা অঙাং মহৈরোয় অনি হাৎখিবদগী থোরকখিবনি। পুন্নমক অসি মণিপুর মীয়ামগীদক্তনি।

ভারতকী লৈঙাক সাসন্না ঙসি মণিপুরদা মীওৎ-মীনৈ তৌহল্লিবা অসি খাঙবা ঙমদবদগী নুপী ময়াম অমা অহিংদা য়ারেক্তুনা লৈরি। হনবা লৈতে মণিপুর নুপীগী থৌনা, লাকসনু লাল থেংনগনি হায়বা ৱাফম অসি মণিপুরী নুপীসিংগী থৌনাদো অদুমক পক্তুনা লৈরি। ভারতকী অমুবা আইন অমসুং খঙহৌদুনা লাক্লিবা অউ-অউবা হাৎলু হায়বা আইন অসিনা ঐখোয়দা অৱা চৈথেং কয়া পীরি। মণিপুরগী নুপীশিংনা মীয়ামগীদমক্তা মহুৎ শিন্দুনা লাম্থেংনরি। জর্জ ফর্নান্দেজ, ডিফেন্স মিনিষ্টরনা মণিপুর ষ্টেটহুদ ফংহনগদবনি হায়না লাওখি। হন্দকসু পোক্নফমগী সেপ্তম্বর ৬,১৯৯৮ দা পাউমীশিংদা লাউথোকখিবা মীওৎ মীনৈ হায়বসে য়ারিবমখৈ তৌবিরোইদবনি। মনিষ্টর অসিগী থম্মোয়দো মীওই খুদিংদা পাল্লিবা মতমদা পৃথিবীদা শান্তি লাক্কনি।

অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈ তৌদুনা লৈরিবা নোংমতা খাম্বা লৈত্রবা গভর্নরনা নুপী লালগী নিংশিং খুদম শাগনি হায়দুনা মীয়ামদগী তেংবাং নিগনি হায়দুনা চৎথরক্লিবা অসিনা অশেংবা নিংশিং খুভম ওইরোই মণিপুরগী গভর্নরনা নুপীশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা মীওৎ-মীনৈ তোকহনবিগনি হায়না ঐনা অরোইবদা হায়জরি। লাইওইগ্রবা থৌনা ফবী ইমাশিংদুনসু শোইদনমক্কী লৎনদনা লৌশিনগনি মদুতনা অশেংবা নিংশিং খুভম ওইগনি।

তাং ১২ ডিসেম্বর ১৯৩৯ দা মণিপুরগী অনিশুবা লাল থোকই কসটুরীগী মচা য়ুরিয়ানা চগেমগা উফুলগা য়ান্নরগা চাউ হায়রকপদগী কস্তুরী দুকান কাইরকই। লাঞ্জাও থোক্লকই, মৈজাও হৌরকই। য়ুরিয়ানা মৈনা চুরকই। মৈনা চুরবনিনা মৈহৌরে মৈরী থোক্লে। মণিপুরী নুপী লোইনা থৌনা লিংজেল পুথোক্লরক্লে। ডিসেম্বর তাং ১১ দগী কস্তুরী দুকান চেং ফংদবদগী উংখৎনরক্লুনা ১৯৩৯ গী ১২ ডিসেম্বরদা টেলিগ্রাফ ওফিসতা নুপী লাল থোকই। নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ২ রোম তাবাদা মতমদা মরিশুবা অসাম রাইফলগী নেপালিনা শাবা বতালিয়ন অমনা ইমা-ইবেলশিংবু নোংমৈ অমদি শঙ্গিন্না লান্দবদগী নুপী ২০ রোম হেন্না অশোক অপন থোক্লম্মী। খ্বাইদগী শাথিনা শোকপদি শঙ্গিন্না থীনবদা হৈরাংগোইথোংগী বামোন অশংবী দেবী খুবোম ময়াদা, লৈশাংথেম ওংবী ইবেমহল দেবীনা মপাম্বোমদা, নোংমৈবুংদগী সোইবম নিংঙোল খুমুকচম ওংবী য়াইমবী দেবী, নম্বোল লৈকাইদগী কৈসাম নিংহোল চোংথাম ওংবী তিংগোং দেবীনা মকোক্তা সোকই তিংগোং অমদি য়াইফবী হোসপিতালদা লৈ। ডাঃ না নিংথিনা তৌবিরমদে। নুপী অতৈনা মখা থংবা পুখ্রিদা হুনথৈ। য়াম্না ৱানা নুপীশিংদু খাংলম্মী। নিংথমদুনা থক থক নিক্লুনা লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈদুনা য়েংবদা য়াম্না ৱানিংঙাই ওই। ডিসেম্বর ২৯ দা খোমদ্রাম I.P. না নুপীশা, ওক্তবীশা নখোয়গী নৱাদো অদুনা লুট তৌহল্লু, চেংবু ৱানবা ফংদ্রগা লমজাওদা লাওরগা চেং ৱানবা ফংগদ্রা। ইমা শাবীগী মরাইবক্তা কাওই।

নুপী ময়াম্না ওফিসতা চংলকপা মতমদা খোমদ্রাম I.P. না নুপীশিংবু য়াম্না উশিং থওইবিরমদে। মী ওইনা উবিরমদে। নুপী ৬ লোংনা হায়থখি। (১) খোংনাং দেবী, (২) অয়েকপম রজনি, (৩) মুখি দেবী, (৪) রাজকুমারী স্নাতোম্বী দেবী (৫) পাংশোই লৈরেন অমসুং (৬) কুমারী দেবী।

১৯৪০ নুমিৎ উখোং য়ৌবা নুমিত্তা সবীবু পুলিসনা ফাই। সবী থা ৬ জেলদা লৈখি। লৈবাকলৈনা থা ৩ জেলদা লৈখি।

হায়রিবা মথৌনা ফবী মৈতৈ নুপীশিনা বর সাহেপকী বংলো মমাংদা ফৌ গাড়ি, ষনগাড়ি অনি অহুম থাদুনা লৈরিবা অদু চংশিল্লগা গাড়ি ব্রালাশিংনা গাড়ি মথক্তা ফমদুনা লৈরিবা অদু কুমথহল্লগা নুপীশিং অদুনা ষনগাড়িশিং অদু থৌদুনা চংলি। ফৌ থাবা য়ারোই পুখিবা য়ারোই হায়দুনা খোলাও লাওদুনা থৌনা ফনা লালগী খোংজং চংশিবা হৌখি। মৈতৈ নুপীগী থৌনা অসিদি থাবদা লোইবা নাইরোই। মীচম প্রজা ইমা ইবেলশিংনা ঙসি কিবা লৈতনা, শিবা কিদনা মপাল লমদা চেং থাদোকপা য়ারোই হায়দুনা অকনবা লাউরম্মী। মমাংঙৈগী নুপীশিংনা থৌনা ফনা লিংজেল মান্ননা অপুনবা অমতা ওইনা খুৎশম্নদুনা বৃটিশবু মখোয়না তানথোকখিবা ঙম্বদো ঙসি ঐখোয়গী লৈরিবী থৌনা ফবী নুপীশিং অসিনা লিংজেল অমতা ওইনা নুপীলালগী নুপীশিংগী মওং মতৌ অদুতবু তমজবা ঙমলবদি করিগী ইমা লৈবাক নিংতম্বা ঙমলোই। মতম অদুগী থৌনা ফবী নুপীশিং অদু মতৌ তমসি। নুপী নৎতনদি য়াররোই।




